# মোইরাং কংলৈরোল

# খুমন-খম্ব শৈথারোল

শ্রীবাইরম মণি সিংহ
ভক্তিরত্ন নবামণি, ব্রহ্মপুর, ইম্ফাল

মণিপুর ষ্টেট কলা একাডেমীগী মতেং য়াওনা শোঙজবা

# মাইয়াং কংলৈরোল

## [illegible]ন খম্ব [illegible]খারোল

—————

ভক্তি শাস্ত্রীয় সমাজ
রেঃ নং—১৮৩৮

সম্পাদক :
শ্রীলাইশ্রম মঙ্গী সিংহ
ভক্তিরস চূড়ামণি, ব্রহ্মপুর, ইম্ফাল।

শকাব্দ—১৯০২
ইংরাজী—১৯৮০



মমল লু[illegible]০।

# বাহৌদোক

শ্রীথাংজিং লাইবু খুরমজরহনা লাইরিক অসি লেঙবা লোই জরে অহুদগী মোইরাং থাংজিং লাইদা [illegible] চৎলি। [illegible] লেবা হাংঙ [illegible] ইবুঙোদা [illegible] ঔজবা শ্রীমাইবম [illegible]ন্দ্রসেখর [illegible] মোইরাং মাইবা লোয়শঙ্গীনা [illegible] অসিনা শিল-লাংহনা খুংথিলদা মাইক [illegible] মাইকনিনা মায়কৈ শুনা তারে। নোংঙাল [illegible] তাকপী, থম্বা-খম্নু অনি অসি মশানা চেনবা নত্তে সংাং মাইবনা লাকুনা পুথিবনি তাকপী। ঐনা খল্লি, ঐগী ল্যেংঙিবসি লাম্লেদনা অহুদগী ঐনা. অমুক মথা তানা থিজরুবদা থাংজিং লাইনা লীলা খুংঙাইনবা থম্নুগী মপুক্তা চঙহনা চেনবনি তাকপী। সলাংনা অঙাং পুবদা চাউব-থোংলেন অনিদা করি কায়নহনা পুবগে হায়রহনা থীজবদা থীবা ফংদ্রে। মসিনা চহি ১ কাজিল্লরে, অরেপ্পা খঙদ্রে। অহুদগী নোংমদি ঐগী মঙদা অহল অমা লাক্লগা কৈদোয়রে লাইরিক অহু ফোঙদ্রবদি হংঙি। মঙ অহুদা ঐনা হায়। অয়ানবা ঃ শরিক অসি ফোঙঙ্লগা লৈপাক রাথোক ওইগনি হায়রহনা কিহনা ফোঙদ্রবনি। হায়ফেৎ নোক্লগা কিরুমু ফোঙঙ্ তাকপী। ঐনা অহল নঙবু কনানো হংঙি। নবুথৌ থাংজিং ঐবু করিগী শক খঙদবনো। লাইরিক অদো থম্ব-খম্নু শৈথারোন কৌ হায়রম্লগা মঙকাঙনরে। মথা অসিদা হয়াঙজরহনা লাইরিক ফোঙজরে।

শ্রীলাইশ্রম মঙ্গো সিংহ
ভক্তিরস চূড়ামণি
ব্রহ্মপুর, থাঙ্গপাৎ মপাল।

# ৱাহৈ [illegible]

অধ্যায় অনিশুবদা খন্না পোকপদা পুরেম্বনা কংলা য়াইবুং লৈবা থোংলেম্না য়েক্লবগী লান ওইরবোই নীংজুনা মথংদাই মমি ক্যাজুনা মুঙ্গোইবীদা লুরেন চন্দ্রনা পুরেম্ববু হাংপা। লাম্ন থোবা থোংলেন মাস্তী, সত্তীক মণ্ডপ থাগত্তবা ঙমদে, মাবু মী নত্তে লাইনি কাম্বক্ষেত্র ধর্ম্মগী লৈ- [illegible] শুরুকপদ',— খুমন শাগৈদা পোকপা পুরেম্বাং মরৈ [illegible] তাল অরাব' মরৈ রাগুবা, মশাঙগল রাত্তবা অহুবু অসমঁ [illegible] ।কীদমক তমজরকপা ওবা গুরুদগী ঙমজবা শক্তি ৬ [illegible]বা। মতম অদুদা কবুই সলাং মাইবনা পে'রুদ্র' অকলনি, থোংলেম্না অনিশুবনি। পুরেম্বনা অহুমশুবনি। অয়না রেন্দে, অমনা বাত্তে। থোংলেম্না হান্না মুঙ্গোইবী লুরেন চনগ্রবস্থ, পুরেম্বনা থোংলেনগী থরাইমি ফাজুনা লুরেন চন্দ্রবদি মথোয় অনি শিমিম্নগদবনি। থোংলেন কনবা ঙমলোই অহুবু মোইরাং মরৈপাক কম্নবগীদমক থোংলেনবু কোম্নখিদে। অস্নুক পুকচেল চাউরবা পুরেম্ববু থাগত্তবা ঙমদে।

অহুমশুবদা, পাত্ত তাহুনা কবুই সলাং লাক্লুনা মমিত্তা মপি তারগা শা-চিক্লুনা, পুরেম্বা। নরল লৈত্তে রাত্রা, অপাম্বা শেলনীং হায়যু, ঐত্তোন্দা লৈরিবা শেল নঙগী ঙাক্কনি। লাম্মী লৈত্তে খবকরা, লোইবী চীংশাং অপুম্বা নঙগী লাম্মী ঙাক্কনি। নহৈ করি রাংপগে? থোংলেম্নদি লুরেন চনবা ঙম্লগা নঙদি কৈদোরি! শাগোম্নখো, শিমিম্নখো। ঐ নোক্লুনা জগোয় শাগেনা। পুরেম্বনা খুম্মী, চুম্মী ইত্তাও চাম্নবা। ঐস্থ শিরো, থোংলেনস্থ শিরো, চাউবনা মোইরাং পুহৌবা ঙম্মোই। য়েক্লবনা লান্দরকলবদা মোইরাং লোই চনখিনি। মোইরাং কম্নবগীদমক থোংলেন লৈহৌরসম্নু ইরৈপাকীদমক, পুরেম্বা ঐ মাঙগ্রগে। থাম্বা য়াখিদে অদুনা পুরেম্ববু থাগত্তবা ঙমদে॥



শ্রীলাইশ্রম মঙ্গী সিংহ
ভক্তিরস চুরামণি, ব্রহ্মপুর ইম্ফাল

# হীরম লামায়

# মোইরাং কংলৈরোল খুমন খম্ব
# শৈথারোল

---

জয় জয় শ্রীচৈতন্য জয় নিত্যানন্দ।
জয়াদ্বৈত চন্দ্র জয় গৌর ভক্ত বৃন্দ ॥
শ্রীরূপ সনাতন ভট্টরঘুনাথ।
শ্রীজীব গোপালভট্ট দাসরঘুনাথ ॥ ১ ॥
এই ছয় গুরু করি চরণ বন্দন।
ইহাহৈতে বিঘ্ননাস অভিষ্ট পূরণ ॥
মণিপুর এইদেশ অতিগুণ ধাম।
দেখিতে সুন্দর অতি নহি অনুপম ॥ ২ ॥

---

১। শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্য প্রভুগী শ্রীনিত্যানন্দ প্রভুগী শ্রীচরন্দা তন্না তন্না খুকমজৈ। শ্রীঅদ্বৈত প্রভুগী গৌর ভক্ত গুরু গোস্বামী খিবিকী চরন্দা খুরুমজৈ। শ্রীরূপ সনাতন, ভট্ট রঘুনাথ, শ্রীজীব গোপাল ভট্ট, রঘুনাথ দাস ॥ ২। গুরু গোস্বামী তরুকী চরন্দা খুরুমজৈ। গুরু গোস্বামী খৈবিকী কৃপা লৈরবদা নীংবা পুরমক থুংঙি। মণিপুর হায়রবা লৈপাকসে য়াম্না মগুণ লৈবনি, ইপাক পৌকনা য়াম্না লুনা ফজনা লৈরবা য়াম্না লুবা দেশ অমনি।

রোগ শোক নারহিয়া ঈশ্বর সেবিল।
ঈশ্বরের কৃপাবলে সুলভ রহিল॥
মণিপুর এইদেশে রহে সাত রাজা।
খুমন আর মোইরাং সে আর নিংথৌজা। ৩॥
লুয়াংরাজা আরখাব এঙুই রাজন।
সরাংরাজা ভালবানুপ এঙুই রাজন॥
এবে খুমন মোইরাং দুইর প্রসঙ্গ।
কিছু কিছু শুণ লেখি রঙ্গ রস ভঙ্গ॥ ৪॥
খুমন পুরেতে আছে পুঙ্গিবা রাজন।
মহারাণীর নাম কাইনলৈমা হন॥
তিন পুত্রঃ প্রসবিল জ্যেষ্ঠ পুত্র নাম।
হাওরমহন দ্বিতীয় হাওরম য়াইম॥ ৫॥

---

৩। অরা-অনা খন্দনা অমস্তুং লৈতনা ঈশ্বর সেবা তৌই। ঈশ্বরগী থৌজাল্লা অচা-অথক অরাংপা লৈতনা ফংভি। অস্তুম্না মণিপুর অসিদা নিংথৌ ৭ পাল্লি। [১] খুমন নিংথৌ। [২] মোইরাং নিংথৌ। [৩] মৈতৈ নিংথৌ। ৪। [৪] লুয়াং নিংথৌ। [৫] খাব নিংথৌ। [৬] সরাং নিংথৌ। [৭] ভাল্লবা নিংথৌ। তরেৎ অসিনি। হৌজিক খুমনগা মোইরাংগগী লিখরবা রারী খরদং ইজরকে পাকনা-চাওনা লেংজবা শুম্মোই অসোই-অভাম ভাকপীয়ু।

৫। খুমন কোম্পুংদা শ্রীনিংথৌ পুঙ্গিবনা পাল্লি। থৌবান নিংথৌগী মচানুপী কাইনলৈমা কৌবীনা মহারাণী ওই। মচা

তৃতীয়ে হাওরমতোন লোথীবা কহে।
প্রবল প্রতাপ তিন অতি গুণ রহে॥
সুখে রাজ্যকরে তিন পুত্রঃ সঙ্গেকরি।
একভৃত্য আছে শোইসেন নামধরি ॥ ৬॥
রাজা বাক্যে ক্ষেত্রকাম করিতে গমন।
কুনজন নহিসঙ্গে সঙ্গে এক স্থান॥
চীংফু নাম সেই ক্ষেত্রে ক্ষেত্রকাম করে।
গিরির নামান্তে আছে হৈবুং বৃক্ষ বরে ॥ ৭॥
তাহার তলেতে আছে এক সরোবর।
জল খাইবারে গিয়া দেখিয়ে কুকুর॥
বৃক্ষের ডালেতে আছে এক স্বর্ণ হার।
তার ছায়া জলে রহে দেখিয়ে কুকুর। ৮॥

---

চংথোঙো অহুম পোকই, নিংঙোন য়াওদে। অহন্না হাওরমহন কৌই। অনিশুবা য়াইমনা হাওরম য়াইমা কৌই।

৬। অতোনবনা হাওরমতোন লোথীবা কৌই। অহুম অসি মহৈ মশিং, মশক মতৌ মগুণ রাক্তে। মচা অহুম অসিগা লোইননা নুংঙাইনা পাল্লি। মাগী মনাই অচানবা অমা লৈ মমিংনা পশিথিংবা শোইসেনবা কৌই। ৭। নিংথৌ খোদা ইন্দুনা লৌ য়ানবা চৎলি কনাগম্ব লোনইদে লমহুইগুম্বা শাহুই অমা লোইনৈ মকমদি চীংফু কৌবা চীংদনি, মানা লৌ য়াল্লিবা অহুগী চীংথোংদা হৈবুং পাম্বী অমা হৌই। ৮। হৈবুং অহুগী মখোঙদা ঈশিংথোং পুখ্রি অমা লৈয়ে।

ঝাম্পদিয়া লইমাত্রে নাপাই তাহার।
পুনঃ উঠি তীরেরহি দেখে স্বর্ণহার॥
পুনঃ পুনঃ ঝম্পদিয়া লইতে নারিল।
ফিরিবার কালহযে কুকুর ডাকিল॥ ৯॥

নাশুনি কুকুর আছে দেখিযা জলেতে।
কেন বলি শোইসেন দেখিল ইহাতে॥
স্বর্ণহার ছায়া দেখে জলের ভীতরে।
বৃক্ষের ডালেতে দেখি সেই স্বর্ণহারে॥ ১০॥

---

হুই অহনা কোইনা শাথী-তাথীকরগা ঈশিং থক্কে হাযহনা য়েংবদ উ অড়গী উশাদা সনাগী লিক পরেং অমা য়ান্দুনা লৈ। মাগী মমি ঈশিংদা তাদুনা লৈরিবা অহু হূই অদুনা উরে।

৯। চোংথহনা লীক্ক চৌকই, মমিনিনা ফংদে। কাখৎলগা য়েংহনা, লৈ, ঈশিং অহনা লেংত্রগা অমূক উরে। অমুক চোং-থহনা চৌকই, মমিনিনা ফংদে। অস্থুম্না কয়ারক হোৎনদুনা লৈবনা মুমিৎ তাগদোরহনা শোইসেনবনা কল্লগে হায়হনা হুই কৌরকই। ১০। কৌবদা লাক্কে ঈশিংদা য়েংলগা খোংহনা লৈ, করিনো হায়হনা চঙহনা য়েংলুবদা ঈশিংদা লীক্কৌ মমি তাব্রিবা অহু উবদা য়েংখংখিবদা উশাদা লীক য়ান্দুনা লৈরিবা অহু উরে।

স্বর্ণহার লযা বস্ত্রে আবরন কৈল।
গৃহেতে আসিবা কালে মনেতে গুণিল ॥
রাজার নফর আমি তার কর্ম্ম করে।
খায়ে পিয়ে বস্ত্রাদিক দিলেন আমারে ॥ ১১ ॥

আমি পাই যত দ্রব্য দিবেন তাহারে।
এই শুণি রাজা স্থানে দানে স্বর্ণহারে ॥
কারন পুছিয়া রাজা রাখিল যতনে।
প্রাত কালে ডাকিয়াছে পুত্র তিন জনে ॥ ১২ ॥

এক স্বর্ণহার মাত্র তুম্রা তিন হৈল।
তিনভাগ হৈলে হার নহিবে সুন্দর ॥
এক এক দিন লেয রাখিব মাতারে।
এইত নিযম করি রাখিছে রাণীরে ॥ ১৩ ॥

---

১১। লৌক অদু লৌথদুনা ফিনা যোম্লগা লাক্লে। শোই-সেনবনা খল্লি, ঐদি নিংথৌগী মনাইনি, মাগী থবক শূবনি শেংন-চানবা পূম্নমক মানা পীদুনা থম্লিবা মনাই অমনি ॥

১২। অদুনদি ঐনা ফংবা সনা-লুপা হীয়াই পুম্নমক নিংথৌদা কৎকম থোকই। অসি খন্দুনা সনাগী লৌক পরেং অত্ত নিংথৌদা কৎলে। লৌক অদুগী মবোন মুম্না হংলগা নিংথৌনা থমজিনপ্লে। নোংঙাল্লবদা নিংথৌনা মচা অহুম কৌরে।

১৩। মচা অহুম যেংদুনা খাথবকই, ডরাং নপু শোইসেনবনা লৌ যানবা চৎলুবদা সনাগী লৌক পরেং অমা ফংলদুনা পীরগে,

কত বর্ষা রাজ্য সভা এমন রহিল।
আয়ু শেষে নরপতি জীবন তেজিল ॥
তিনপুত্র মাতা সঙ্গে শ্রাদ্ধ কর্ম্ম করে।
জ্যেষ্ট পুত্র হাওরমহন রাজ হৈলে ॥ ১৪ ॥

পূর্ব্বমত সুখে রহে নাহি রোগ শোক।
একদিনে লরাংরাজা নিমন্ত্রি রাজাক ॥
বার্ত্তা নহে জন আসি যথার্থ মাগিল।
নিমন্ত্রণ শুণ রক্ষী আসিবে কহিল ॥ ১৫ ॥

---

লৌক্তি পরেং অমতুনি, নখোয় অহুমনি মতং মতং যেল্লবদি কজররোই নখোয় অহুম্না নোংম-নোংমা লৌহ্নুা শিনৌ লৌক্তি নমাদা থমগে হায়দুনা মমা মহারাণীদা থমখ্রে।

১৪। অসুম্না চহি কয়া লৈরবা তুংদা নিংথৌ পুক্তিবা শিরে। মচা অহুম্না মমাগা লোয়নহুনা শ্রাদ্ধ কর্ম্ম তৌরে। ময়াম্বা অহন হাওরমহন্না নিংথৌ ওইহুনা পাল্লে।

১৫। মাঙদা পাল্লবগুম অনা-অয়েক লৈতনা সুংঙাইনা পাল্লি। নোংমা লুরাং নিংথৌনা হরাও মথোই কাবগী কুম্নে য়েংবিরো, য়াওবিরো হায়দুনা মনাই থাবক্তুনা বার্তনগা লোইননা খুরুমররে, নিমন্ত্রণগী মগুণ ঙাক্তুনা লাকে হায়দুনা য়াখ্রে।

অন্তঃপুরে গিয়া দিল বার্তাসব ।
এথাতে খুমন রাজা প্রবল প্রতাপ ॥
প্রভাত সময়ে উঠি স্নানাদি করিল ।
প্রসাদি খাইয়া বেশ ভুষনাদি কৈল ॥ ১৬ ॥

মাতার সমিপে গিয়া হার ভীক্ষা কহে ।
মাতা কহে আজদিন তুমা হার নহে ॥
ছোটভাই দিন আজি নাদিব তুমাকে ।
হারদিলে আমাস্থানে ভাই কতরাগে ॥ ১৭ ॥

নৃপকহে আমি জানি তবু ভীক্ষামাগী ।
সমান রাজার আগে অলঙ্কার লাগী ॥
আমার দিনেতে হার দুইবার দেয় ।
আজদিনে স্বর্ণহার আমাস্থানে দেয় ॥ ১৮ ॥

---

১৬। বার্তান লাক্লিবা মনাই অহুনা নিংথৌ য়াথং পুন্থনা লুরাং নিথৌদা হয়েং লাক্তনি পাউ তমখ্রে। অসোমদা খুমন নিংথৌ মগুণ চাওবা নোংঙাল্লবদা হৌগংলহুনা ইরুজরে, চাক চারহুনা ফিজেং লৈতেং লোইখ্রে।

১৭। অহুগী তুংদা মমা মহারাণীগী নাক্ত চঙলগা খুকম্মী অহুগা হায়রকই, ইমা লীক অদু ঙসিদি নচানা শিজরুগে। মমা মহারাণীনা ইবুঙো ঙসিদি ননাও অতোনবগী নুমিৎনি, নঙোন্দা পীবা য়াদে। নঙোন্দা পীথোকপ্রবদি ননাওনা শাওরগনি।

১৮। মচা নিংথৌনা ইমা, নচাসু খঙজৈ অদুবু লুরাং হরাওবা চচ্চরুগে, নিংথৌ ইমান্নবা তিন্নবা মতমদা লৈতেংজরুগে

অতি স্নেহে হারদিল পুত্রের হাতেতে।
চার পায়্যা যাত্রা কৈল ভাইর সঙ্গেতে॥
হাওরম য়াইমা সঙ্গেকরি গমন করিল।
মণিপুর ভাষামতে পথনাম থৈল ॥ ১৯॥

খুমন কংদথেন নোংয়াই যলবুং নাম।
তারনাম খুমনয়াংবী অদ্যাপি রহিলাম॥
এইপথে আসিছুই চলিল সুখেতে।
ইশোক লাংয়াথেন কম্বোং তাংনাখাতে ॥ ২০ ॥

---

হায়বজনি। হয়েং এগী শিফম ফংফম থোকপা নুমিৎ ইনাওনা খুমিৎ নিনি অনিরকপু শিজসনু, ভসিদি এনা শিজরংগে হৈমানা পীনবিয়ু।

১৯। মচা নিংথৌগী প্রেম্মা থাংবা ভমদ্রহুনা লীক অত্তু লোথোক্লুনা পীখ্রে। লীক ফংলবদা মমা খুরুমজরগা মনাও হাওরম য়াইমাগা লোইনদুনা যাত্রা তৌহনা লাক্রে। অনিনা লাক্লিবা লম্বী অসিগী মমিংদি মৈতৈ এথোয়গী লোন্দা।

২০। খুমন কংদথেন নোংয়াইপান যলবুং কৌই। অহত্ত অস্তুপ্পদা খুমন য়াংবী হায়না কৌই। লম্বী অসিদা বারী শাহনা নিংথৌ মচিন মনাওনা লাকপনা মথং মথং লাক্লুনা ইশোক লাংয়াথেন কমবোং তাংনখা কৌবা লম্বীদা লাক্রে।

কথালাপি দুইজনা নবয়াঙ্গোই প্যাই।
রাইকম য়াঙ্গোই তুরেন কারোং যাই॥
পারকরি তৌবুল আর খোইজুমান।
নাচৌগ্রাম চলি আসি ভাই দুই জন ॥ ২১॥

পাইল লম্মাংদোং লুরাং নৃপের পুরেতে।
নৃপদেখি লুরাংরাজা ডাকিল সুখেতে॥
নানা সেবা পূজাকরি নৃত্য গীত দেখে।
এইমত দুইভাই রহে নানা সুখে ॥ ২২॥

অপরাহ্ন কালে রাজা বিদায় মাগিয়া।
নানা কথা আলাপিয়া ফিরে ভাই লয়া॥
এথা খুমন রাজপুরে মধ্যাহ্নের কালে।
হাওরমতোন আসি ভাতাদি খাইলে॥ ২৩॥

---

২১। অসুম রারী শাহুনা লাকপনা য়াঙ্গোই মাপন রাইকম যাঙ্গোই তৌরক্ শমহুনা তুরেন কারোং লান্দুনা তৌবুন খুন য়োরে। কা শিফাই লান্দুনা নাচৌ খুন য়োরে।

২২। অহুদগী লম্মাংদো য়োরহুদা লুরাং কোমুংদা চঙলক্লে। পাউ তাদুনা লুরাং নিংথৌ খোরজুনা ওক্লরে। খুমন নিংথৌ উবদা হরাওগ্রহুনা নিংথৌ অনিনা কোম-পায়নহুনা লাকমিন্না ডুনা হরাও কুন্থৈ তৌকম অহুদা ফমলরে। অহাও অথুম চাখিগ্রহুনা জগোই-ঈশৈ, হরাও-তয়াম য়েংহুনা মুংঙাইনা লৈরে।

২৩। সুমিদাংবাই য়োরক্লবদা খুমন নিংথৌনা ঐ হল্লগে কাথহুনা বিদায় লৌরে। নিংথৌ অনি কোম-পায়নহুনা বিদায়

মাতা স্থানে গিয়া কহে শুনিয়ে জননী।
কতস্থানে গিয়াছিল ফিরিয়ে এখনি ॥
স্বর্ণহার দেহ মোরে আমার দিনেই।
মাতা ভাবে গোপনিয়ে শুনি রাগ হই ॥ ২৪ ॥

শুন বাছা মোরকথা শান্তকর মনে।
বড়ভাই মন্ত্রনাতে মহামণি মানে ॥
কুনদিনে হারাইলে পুনঃ নাহি পাই।
এই জনা পুজা করি রাখিলে ভালই ॥ ২৫ ॥

---

পীনরে অহূগী তুংদা খুমন নিংথৌ মচিন-মনাও ৱরী শাহনা লাকই। অশোমদা খুমন কোনুংদা নুমিৎমুংবা কান্দা হাওরম-তোন লৌখিবা হঞ্জিল্লকুনা চাবা-থকপা লোইরদুনা।

২৪। মমা মহারাণীগী নাক্তা লাক্তুনা হায়জরকই। ইমা নচা কোয়না চচ্চরুবা হঞ্জরক্লে য়াইলীক অহূ পীবিরো নচানা শিজরগে। অদু তাবদা মহারাণীনা খল্লি, অশেংবা তাক্লুবদি শাউবা তাই লোৎলগে খন্নুনা ॥

২৫। ইমাগী ইবুংঙো তাত্রা নবুক তপউ, ইমা ৱা হায়গে। নয়াম্বা নিংথৌগা ইবাগা তান্নবদা মণ্ডপ লৈবা য়াইলীকনিনা তোয়না শিরবদি মাঙখিবা য়াই অহনা শিরগনুসি হায়দুনা থমজিনব্রে। অহনা পুজা তৌহনা থমলসি শিরগনু ॥

শুনি হাওরম কহে শুনিয়ে জননী।
আজদিন পরে হার রাখিয় আপনি॥
এ সকল কথা আমি না মানিল মনে।
পুত্র স্থানে ভেদা ভেদ নাকর এখনে॥ ২৬॥

শুনি মাতা লজ্যা হয়া পুত্র হস্তে ধরি।
তুমাভয়ে মিথ্যাকহি এবে সত্য বলি॥
বড়ভায়ে হারদিসে লই গেছি হার।
বার দিনে তুমি পুনঃ লেয় দুই বার॥ ২৭

এই কথা কহিলাম ভাই যে রাজন।
হাওরমতোন শুনিয়া মাতারে কহেন॥
এইভাল ভাইদুই কুন স্থানে গেছি।
মাতাকহে লুবাং রাজ্যে নৃত্য দেখিতেছি॥ ২৮॥

---

২৬। রাদু তাবদা হাওরমতোন লৌথিবনা ইমা গুসি নত্তবা অতোপ্পা নুমিৎ অমদা লীক অহু থমজিনবিয়ু, এগী নুমিৎ অসিদগী হৌদুনা খম্বা নচাগী থম্মোয়দা য়াজনিংদে অদুগা নচা মশেন অচান-অরাই নাইবা য়াম্না ফত্তে তৌবিগনু॥

২৭ মচাগী রা তাবদা মমা মহারাণীনা মচাগী খুজেং পায়দুনা ঈংনা হায়রকই। ইমাগী ইবুংঙো অতোম্বা ইমানা লাপ্লে। নঙবু কিদুনা ইমানা ওইদবা রা হায়গ্রে শাউগনু। লীক অহু নয়াম্বা নিংথৌনা শিগ্রে, মাগী নুমিৎ থোকপদা নঙনা অনিরক শিজো হায়রম্মী।

২৮। হাওরমতোন খুমদে। মমা মহারাণীনা ইবুঙো রা অসি নয়াম্বনা য়াম্না লুনা হায়জরম্মী। মদু তাবদা হাওরমতোনা

শুনিকথা না কহিয়া নির্জ্জনেতে বসি।
শুনিবার কালে যদি দুঃখিত হয়েছি ॥
এমন ঘটনা কর্ম্ম পুনঃ পুনঃ হবে।
হারলাগী তিনছাই প্রেমি নাহি পাবে ॥ ২৯ ॥

কাটিয়া ফেলিলে যদি ভাল হবি মানে।
নিশ্চয় করিয়া মনে গেল স্বর্গ স্থানে ॥
স্বর্গলয়া পাষানেতে ঘর্ষন করেন।
ইহাদেখি বৃদ্ধারাণী পুত্রেরে কহেন ॥ ৩০ ॥

---

থাখল খম্বুনা হায়রকই, ইমা ইয়াম্বা নিংথৌদি হদায়দা লেংখি। মহারাণীনা হায়রকই লুরাং নিংথৌগী হয়াও ভুগোই য়েংলুনি চংখি।

২৯। অদু ভাবদা হোয়-মাই হায়রমদনা অচৌকপদা কল্লগা থাখল তৌরকই, মবুক্তা থারোৎতুনা শাউরে। অসিগুম্বা থবক অসি হয়া হয়া থোক্লগনি লৌক অসিগী মরমদা ইচিন-ইনাও এখোয় নুংঙাইনররোই।

৩০। অদুনদি লৌক অসি ককথৎতুনা মাঙহনগ্রগা অকবা ওইগনি খম্বুনা, লৌক ককুননবা কায়হুনা মপাবুং নিংথৌগী প্নংশুথাও পুজা তৌদুনা থমলিবা অদু লৌথোকলুহুনা নুংদা কেংঙি। অদু উবদা মমা মহারাণীনা।

শুন বাছা পিতা খর্গ সামন্যতা নয়।
সাত শনি মাহেন্দ্রেতে সেখর্গ সৃজয় ॥
সিলাস্পর্সে এক জীব নিশ্চয মরিবে।
তোর কর্ম্ম ভালনহে অমঙ্গল হবে ॥ ৩১ ॥

পুত্রকহে মল্যদেখি সৃজন করেছি।
এহি বলি স যত্তনে খর্গ রাখি য়াছি ॥
তারপরে গোপনিয়া উরলী ভীতরে।
খর্গলয়া আসিয়াছে পুবের বাহিরে ॥ ৩২ ॥

বড়ভাই উদেশিয়া একলা আসিয়া।
তৌবুল গ্রামেরমুখে তিন মিলাইয়া ॥
রাজা কহে ছোটভাই কুথাতে গমন।
ভাইকহে নুপলাগী ইহা আগমন ॥ ৩৩ ॥

---

৩১। কহিনো অতোপ্পা নঙনা তৌরিবা থবক অহু য়াম্না লাল্লে। থাঙ অহুদি অচৌবা থাঙ নত্তে, থাংজ তরেৎ তিন্দুনা (মহেন্দ্র পুংফমদা) মৈগী পুংদা শাবা থাঙনি। থাঙগা নুংগা শম্নবদা জীব অমা মাঙ্গদবনি, নঙনা তৌরিবা অহু অফবা নত্তে।

৩২। অহু তাবদা ইমা, থাঙদা অমোংপা লৈরিবসি কেংদোকপনি, হাররগা কিগংনা তকথোক্লুনা থমজিনল্লুরে, অহুদগী ভাইশাক লৈরগা কি চোম্না ইল্লগা থাঙ পুত্নুনা লোম্না খোরক্লে।

৩৩। মথম্নদা ময়াম্বা নিংথৌগী খোঙ্গুন লীবা লাকই, মথং-মথং লাকপনা তৌবুন খুন য়ৌবদা ময়াম্বা অনিগা উনরে।

মোরে বার্ত্তা না কহিয়া দুঃভাই গিয়াছি ।
রহিতে না পারি আমি দুঃখ মনে ভাবি ॥
কাটা কাটি মারা মারি শুনেছি কর্ণেতে ।
এইলাগী আসিয়াছি আমি সহাইতে ॥ ৩৪ ॥

কথা শুনি অতিস্নেহে কথালাপ করি ।
আগে য়াইমা মধ্যে জ্যেষ্ট পিছে তোম্বাচলি ॥
লুৱাঙ পুরের নৃত্য কথা আলাপিয়া ।
কথালাপি করিগেছি সুখ মণ হয়া ॥ ৩৫ ॥

---

মনাও উবদা ময়াম্বা নিংথৌনা হংখি, শানৌতোন কদায়দা চৎলিবনো, তোম্বনা য়াম্বুং স্না থৌগন লাকচবনি।

৩৪। ননাওদা, অসিদা লেঙগনি তাকপীরমদনা য়াম্বুং অনিনা স্না খোঙলেংশ্রে ননাওদি থক্লুবদা লৈবা ঙমদ্রে, মরমদি কৌজিক অসিদা লুৱাং লাল্লোই কনবনা হাংনবগা য়াম্নবগা অরোয়বা নাইনদে, অতুনা হঙ্গোইজহনা য়াম্বুং থৌগন লাকচবনি।

৩৫। রা অহু তাবদা নিংথৌনা মনাওবু থোইনা হেম্রা নুংশিথ্রহনা লুৱাং হয়াওবগী রায়ী-রাজাই শারহনা লাকমিয়রে। হাওরম য়াইমনা মাঙদা চৎলি। হাওরমহন নিংথৌনা ময়ায়দা চৎলি। হারমতোন লৌথিবনা তুং থংনা চৎলি, হয়াও রায়ী শাহনা নুংঙাইনা লাকই

আসিয়া য়াঙ্গোই নদী তিনজন পাই।
য়াইমা কহে নদীরহে বস্ত্রাদি সাজই॥
ভালবলি তিনজন শাজন করিয়া।
আগেপিছে নদীপরে জলেতে দেখিয়া ॥ ৩৬॥

বড়ভাই গলেহার দেখিবা মাত্রেতে।
স্বর্ণহার কাটি ইচ্ছা স্মরিল মনেতে॥
মনেভাবে নদীপারে নিজগৃহ পাবে।
এখানে কাটিলে যদি মম সুখ হবে ॥ ৩৭॥

এইভাবি খর্গধরি হার কাটিলেন।
দৈবের নির্বন্ধে কেবা করিবে খন্দন॥
খর্গের গুণেতে আর বিধির লিখন।
বড়ভাই খুমন রাজা মাথা কাটিলেন ॥ ৩৮॥

---

৩৬। অমুম্মা লাকপনা য়াঙ্গোই তুরেল য়োউনা মাঙ থংলিবা হাওরম য়াইমনা তুরেল লৈরে ঈশিং আল্লসি হায়নজুনা ফি-রোন শেম্ম-শাগ্নরনা ঈশিং মপান্দা লেপ্পুনা অহুম অনি ঈশি দা যেংভি।

৩৭। মতম অতুদা মনাও অতোম্বনা নিংথৌগী ওক্তা শিরিবা সনাগী যাইরিক অতু উরে, মানা আদগী লীক করে হায়দুনা লাকপতু নীংশিংলজুনা খল্লকই তুরেল'সি লানগ্রবদি য়ুম য়ৌগ্রগনি, য়ুম য়ৌগ্রবদি ককপা য়াররোই অদুনদি মকম অসিদা লীকসি কক্হৌদবা য়াদে।

৩৮। অসি খল্লহুনা হাওরমতোন লৌথিবনা কি মনুংদগী থাঙ লৌথোক্লুনা লীক কক্কুই। লাইরিক লেংজবা কবিনা

শব্দ শুনি হাওরম যাইমা ফিরিদেখে।
বড়ভাই মৃত্যুদেখি কান্দে অধমুখে ॥
শুনভাই কিবা-কর্ম্ম জ্যেষ্ঠেরে মারিল।
জ্যেষ্ঠভাই পিতৃসম তুমিনা জানিল ॥ ৩৯ ॥

কিবা দোষে গুরুমারি জীবনে কীকাজ।
এইকথা ঘুচি.বক তুমি নাহি লাজ ॥
ছোটভাই কহে দাদা ইহার কারন।
স্বর্ণকার একমাত্র ভাই তিনজন ॥ ৪০ ॥

---

হায়রৈজে ঈশ্বরগী নোংদম, মাগী মাগী কর্ম্মগী ফল কনানা ককপা চমগদগে। থাওগী মশুগনে, ব্রহ্মাগী নোংদম্নে লীক অদু ককৃপদা নক্তুনা ময়াম্বা খুমন নিংথৌগী মচুকম্সু য়াওনা ককুপ্রে।

৩৯। থাঙমী থাংখোল শাবদা হাওরম যাইমনা যেংখিবদা ময়াম্বা নিংথৌগী মকক কেন্দুনা লৈরিবদু উবদা ওকঞ্রহুনা হার হাব শোন্দুনা ভাইহাক অব্রাবা থাংলগা, পি-দি মতুম-মফম্‌ ভারগা, থা চিক্রগা মনাও য়েংদুনা হায়রকই, তোম্বা করিগী নয়াম্বু হাংলি, পোকমিন্নবা ইয়াম্বাদি ইপামকনি কাউবা?

৪০। করি মরান লৈতুনা ইপামক ওইরবা ইয়াম্বু হাৎপরা, মী চৎ অসি মুমিৎ-থানা পাল্লিবমথৈ লৈহৌবগনি ঈকাইদ্রা? হাওরমতোন লৌখিবনা হায়জরকই— য়াম্বুং! লীক ককৃপদা শোইথ্রিবলি অরমদি লীক্তি অমত্তনি এখোয়দি অহুমনি।






হার কাটিহিতে লাগী কাটিল তারেতে।
দৈবযোগে বড়ভাগ্যে রুচেনা মাথাতে॥
থাইমা কহে শুন তোম্বা কিবা কর্ম্মকরে।
প্রভাতেতে কিছুখাই যাই লুরাং পুরে ॥ ৪১ ॥

এখনে মাতারে পুছি কিবা কথা কহে।
এমন কুকর্ম্ম পাবে তোমা কাছে রহে॥
আমি না যাইব গৃহে বড়ভয় মনে।
গৃহেতে যাইয়া রাজা করহ আপনে ॥ ৪২ ॥

বৃদ্ধমাতা সেবাকরি রাজ্য কাজ কর।
আমালাগী গগ দক পুজি ভরুবার॥
পিতাসম পুজিবেক তুমি মাতা সেব।
ইবোলিয়া খর্গলৈল প্রবল প্রতাপ ॥ ৪৩ ॥

---

৪১। লীক অসিগী মরিদা মুংঙাইনররোই হায়দুনা লীক কক্পদা শোয়খিদুনা য়াম্বুংগী ওকস্থ য়াওগ্রে। হাওরম য়াইমনা হায় তোম্বা, অযুক অঙনবদা চাবোই-চাদবোই হোংনদুনা লুরাং কোম্বুং চৎলুই, চরাম-চদৎনবা হল্লকপদা।

৪২। করিস্থু নৈতবা লীক অহুগীদমক নঙনা ইয়াম্ববু হাত্তোক্লে, য়ুম যোবদা ইমানা হংঙমগনি, এনা করিবু হায়না খুমগনি। মতুং অসিদা নঙগা এগা নৈমিন্নরবদি এবুস্থ নঙনা শোয়দনা হাৎলবা য়াই। নঙবু এনা কিরে, নঙ য়ুমদা চৎতুনা নিংথৌ ওইদুনা পাল্লুরো।

৪৩। অহন ওইরবী ইমাদো মবুক মুংশিহনগস্থ, সেবা লুনা তৌ, নৈপাক কজনা ঙাকউ, অদুগা পাবুংগী খুংশু থাঙদো এঙোন্দা

লৌথিবা কহয়ে দাদা ক্রোধ নাকরিহ।
গৃহেযাই রাজাহৈয়া মাতারে সেবহ॥
যার হারাইতে লাগী কান্দিল হারেতে।
দৈবযোগে বড়ভায়ে কাটেন মাথাতে॥ ৪৪॥

শুন তোম্বা পূর্ব্বাপর সকল জানিল।
তোম্বা সঙ্গে না রহিব সমিপে মাতার॥
মোরেদেখি কান্দিবেক স্নেহের কারনে।
দেখিতে নারিবে আমি মাতার বদনে॥ ৪৫॥

আমি রাজা তুমি যুবরাজের কারনে।
বড়ভাই মারিয়েছে ভাই দুইজনে॥
সঙ্কুচ পাঠারে ভাছি উঠিতে নারিব।
তুমি যাম্বা রাজা হও আমি না যাইব॥ ৪৬॥

---

শীঘ্র, ঐনা থাগুহু ইপাগী মশকমক্লি খন্দূনা সেবা তৌজরুরগে, নগুনা ইমাগী সেবা তৌরুরো অসি হায়রগা থাগু অহু মুন্দূনা লোরে।

৪৪। হাওরমতোন লৌথিবনা হায়জরকই, দাদা ইবুঙো শাউবিগনু সঙ্গাইদা লেগুলশি, নিংথৌ ওইবীদুনা ইমাগী সেবা তৌবিয়ু, লীক ককে হায়দুনা তৌবদা লাইগী নোংদম থীবনা য়াম্বুংগী গুক্ কক্খিবনি।

৪৫। হাওরম য়াইমনা, তাও তোম্বা মরম পুম্নমক ইয়াম্বনা খঙলে, নগুগা লোয়নদুনা ইমাগী নাক্তা লৈদুনা সেবা তৌবা ওয়রোই, মরমদি ঐবু উরগা ইমানা কপকনি, মচা মুংশিবগী মৈনা কাব্রবা ইমাগী মায়থোংদো য়েংদুনা লৈজবা ঙম্মোই।

৪৬। ইমানা থনগনি ঐনা নিংথৌ ওইরগা, নগুনা যুবরাজ ওইনিংদুনা ঐথোয় অনিনা ভানরগা ইয়াক্কা জিংথৌবু হাৎপনি

ইবোলিয়া খৰ্গধরি যাইমা চলিতেছি ।
উপায় নাদেখি তোম্বা দেখিয়া রহেছি ॥
মৃত্যুদেহ স্কন্ধেধরি গৃহেতে আইলা ।
রাজার শ্রাদ্ধাদি কৰ্ম্ম সমাপণ হৈলা ॥ ৪৭ ॥

রাজাহৈয়া মাতাসেবী প্রজার পালনে ।
ইহার প্রসঙ্গ এবে না পারি লিখনে ॥
এথা হাওরম যাইমা গেলা মহি রঙ্গে ।
সেইকালে কাবনৃপ রহে মন রঙ্গে ॥ ৪৮ ॥

---

হাযনা ইমানা শোয়দনা খনগনি। ঐনা ইমাবু অরাবা কোক-হনবা ওম্লরোই, নঙনা নিংথৌ ওইরুরো, ইযাম্বদি খুমন পুংদা কোম্নুংদা হল্লরোই ।

৪৭। অসি হায়রহুনা হাওরমযাইমনা থাঙহু পুরগা চৎথ্রে। উপায় লৈত্রহুনা হাওরমতোন লৌখিবনা অশিবা ময়াম্বগী মশা অহু পুরগা যুমদা হল্লক্লে। যাইরীক সনা পরেং অহুদি মফম অহুদা অহুম থাঙথ্রে। ময়াম্বা নিংথৌগী শ্রাদ্ধ কৰ্ম্ম নচিংবা তৌরগা।

৪৮। নিংথৌ ওইহুনা মমা মহারাণীগী সেবা তৌহুনা লৈথ্রে। অসিগী মতুং অসিদি লেংজররোই। অশোমদা থাঙ পুহুনা চৎখিবা হাওরমযাইমনা মথা পাংনা লাক্লুনা মোইরাং যৌরে। মতম অসিদি মোইরাংদা কাবা পুরাংবনা নিংথৌ ওইহুনা পাল্লি।

গোপন করিয়া রহে মজুরি করিয়া ।
আগেদেখা পরেস্নেহ পিছে একত্রিয়া ॥
বসন ভুষন কথা সমান সকল ।
খুমনের চিহ্ন গেল মহিরঙ্গ হৈল ॥ ৪৯ ॥

খেলা লীলা যত কর্ম্ম ভেদ না রহিলে ।
একদিনে মুক্রা কাংজৈ রাজা আগে খেলে ॥
প্রবল প্রতাপ হৈল নাহি তার সম ।
দেখিতে শুন্দর অতি গুণ অনুপম ॥ ৫০ ॥

পরদিনে রাজ্য সভা সকল মিলিতে ।
কারপুত্র কারনাতী জিজ্ঞাসি প্রজাতে ॥
প্রজাকহে মহারাজা খুমন পুরহৈতে ।
কতদিন রহিয়াছি এমহি রঙ্গেতে ॥ ৫১ ॥

---

৪৯। মতম অদু খুমনগা মোইরাংগা নুংশিনদে, মরম অদুনা মকা ফোংদনা মোইরাংদা শিন-লংহুনা হাওরম য়াইমা লৈরে। লাইরিক লেংজবা ববিনা হাংজৈ, সংসারগী লিলা মীওইবগী শাজৎ অওকপনি, শক-শকা ওনবদগী খওনরে, খওন-বদগী নুংশিনরে, মতুংদদি অমত্তা ওইরে, নিজেৎ-চাকচা, রাওাও-শাওাও মোইরাং ওইরে, খুমন শাজৎ মাওরে।

৫০। শান্ন-কুম্মৈ, উৎসব-মেলা চপ মান্নরে। নোংমা মোইরাং নিংথৌ লেংথোরক্তুনা মুক্রা-কাংজৈ শান্নৈ, অদুদা হাওরম য়াইমদা থাংজিং লাই-ভোংহুনা মানা পুমহেন হেল্লে, কাংজৈদা লাম্বা পাবিনিঙাই লৈতে, মুরাদসু থাবিনিঙাই লৈত্রে, শকসু ফজৈ, গুণসু লৈ।

৫১। নোংঙাল্লগা সভা দরবার তিনবদা নিংথৌনা প্রজাদা হংঙি। ওরাংগী অকনবা মুপা অদুবু কনাগী মচানো, করম্বা

শুনি রাজ ভ্রমণা ডাকহ বলিল।
রাজাজ্ঞাতে পাত্রচলি সঙ্গেতে আনিল॥
হাওরম য়াইমা শুনিতেছে কি হবে।
দুই দেশ স্নেহ নহি রহে অরি ভাবে॥ ৫২॥

সভাতে আসিবা য়াইমা বন্দিলা রাজারে।
রাজাকহে বৈস বাপু সুখিত অন্তরে॥
বার্ত্তা জিজ্ঞাসিতে আমি ডাকিল তোমারে।
কি লাগী এথাতে রহি কহিয়ে আমারে॥ ৫৩॥

---

পানানো? প্রজানা খুম্মি, মহারাজ ইবুঙো! মোইরাং নহে, খুমন মচানি। মোইরাং অসিনা সাইদাংহনা লৈবা কুইরে॥

৫২। রা অদু তাবদা নিংথৌ স্না পুক্রিং চেকপ্রত্নুনা কৌরক য়াথং পীরে। স্না রাথং পুত্নুনা লানবগ য়াইমবু ময়ুমদগী স্না লাক্তাম্না পুরকই। হাওবম যাইমনা থল্লি, চসি ঐ করি থোক্লগবা! চৌজিকসি খুমনগা মোইরাংগা নুংশিনদ্রে।

৫৩। অরাবা রাখল খন্দুনা লাকপনা সভাদরবার য়ৌরহনা নিংথৌবু খুরুমজে। নিংথৌনা তরাম-তরাম তৌহনা কৌশিনবী, ফমহল্লি, মবুক নুংঙাইহল্লি। নিংথৌনা হায়, করিগুম্না রা অমতং হংনিংহনা কৌবনি, খুমন মচা নওন মোইরাং অসিদা করম্না লাক্তুনা লৈররিবনো শেংনা খুম্মু।

কালপুরুষ কিবা নাগ কিবা বশ্য করে।
শঙ্কাভয় না করিয়া সত্য কহ মোরে॥
পূর্ব্বাপর সর্ব্বকথা সকলি কহিল
শুনিরাজা দুঃখ শোক হৃদয়ে পুরিল॥ ৫৪॥

শুন যাইমা সন্য লহ কাটাহ ভাইরে।
পিতৃ রাজ্য ধনজন আমি দিব তোরে॥
শুনি যাইমা কান্দি কহে পিতৃ বাক্য মানে।
এই বাক্যে মমপ্রাণ সপিল চরণে॥ ৫৫॥

---

৫৪। কনানা পোকপনো মিংনা করি কৌই, করিবু খন্দুনা অসিদা লৈরিবনো? কিগনু চিংনদনা অরেপ্পা রা এঙে ন্দা হায়য়ু। রা মহ্ তাবদা হাওরম যাইমনা যাইরিক ফংবা, মচিন মনাও অহনবগী রায়পী, মরাম্বা নিংথৌনা লৈখিদবনচিংবা অথুবী মরমদা মরিক চুম্না কপ্পূনা তম্মী। মহ্ তাবদা নিংথৌ প্রাজা কপ্পরে।

৫৫। নিংথৌগী স্না পুরিং রাপৌরুদুনা স্না য়াথং থাই, হাওরম যাইমা। মোইরাং তেক্কোল পুরো খুমন পুদা লান্দারো, নরাম্বা চাংপা ননাও হাংলগা খুমন্দা পাবুং খুভম কঙ্গিদুনা নিংথৌ ওইরকরো। স্না য়াথং তাবদা হাওরম যাইমনা কয়দুনা নিংথৌদা হঙ্খলি, এবু পোকপা ইপানা তৌবকুম ফাংকপীবা অদিদা ননাইগী থরাই কংচরে।

তবদাসা হয়া আমি রহিব এদেশ।
এহি বলি প্রণামিল রাজার সে কাশে ॥
ছোটভাই আনন্দেতে স স্থানে রহৌক।
রাজার দয়ারগুণ সংসারে ঘোশৌক ॥ ৫৬॥
শুনি রাজা সন্তুষিয়া বলিলা বচন।
তুমিত সামান্য নহে রাজার নন্দন ॥
বিশ্বাস কারনে সত্য করহ আপনি।
শিলা বসি খর্গদংশি সত্য করে পুনি ॥ ৫৭ ॥
দেখিরাজা সন্তুষিয়া প্রেম আলিঙ্গন।
তুমার কুলের রেখ করহ সেবন ॥
শুব বংসে বলিখ্যে রাজার পদবী।
গ্রান্ত্রাকপাদি চতুষষ্ঠী পাউক প্রতাপী ॥ ৫৮

---

৫৬। অসি হায়রুনা খুরম্মি, মচুগা খুৎ লোয়রুনা হায়রে ননাইদি চরণগী ননাই ওইরুনা মোইরাং অসিদা অহুম লৈজরগে। অদুগা ইনাও অদুনা খুমন্দা নি খোঁ ওইরুনা পাল্লসনু। মোইরাং নি খোঁ মীয়োক-মীচান কৈ হায়বা মিঙ্গৎ লৈরসন্থ ॥

৫৭। রা অদু তাবদা নিংথৌগী থম্মোই পেল্লহুনা, হায়-রকই, হাইমা নও অসি মীচম নত্তে, নিংথৌ ঈনদো অদুনা কৌজিমকি ফরি, মতুংদা ননিং থুংলক্রুগা অকায়বা লাকনি, মোইরাংগী ফত্তনবা তৌরোই হায়রুনা রাশকউ। অদু তাবদা লাওরম মাইমনা নুংদা ফংগা থাও চিক্কুনা রাশকপ্রে ॥

৫৮। অদু উবদা মোইরাং নিংথৌ থম্মোই পেনপ্রহুনা মনাইবু কোনবীরে অদুগা মা য়াথং পীবি। খুমনগী কৌনবী

এমতে রহিলেন হাওরম য়াইমা ।
তাঁর পুত্র গন সব মহিমা উত্তমা ॥
দুইত রমনী সেবে জ্যেষ্ঠ কাইথৈবম ।
তার জ্যেষ্ঠ পুত্রসেই থাংলোইহন নাম ॥ ৫৯ ॥

তাহার অনেক বংস কহিতে নারিব ।
কনিষ্ঠ অহোংবী নাম গুণ অনুপম ॥
অহোংবী রমনী দুইপুত্র প্রসবিল ।
রজনাথ লীলা লাগী জনম হইল ॥ ৬০ ॥

---

পুং থোনজৌ, নঙগী নচা নশূনা পাঙ্গল লাক্লবদা নিংথৌগী খাদা লৈবা খাম্রাকপনচিংবা ফম ৬৪ অসিদা অপাম্বা ফংজৌ ।

৫৯। খুমন্দগী লাক্কুনা হাওরম য়াইমনা অসুম্না মোইরাংদা লৈরবে। মামা পোকপা মচা-মশূ মগুণ য়াম্না লৈরগদৌরি, মাগী রমনী মুপী অনি গুই অহন অচুগী মিংদি কাইথৈমা কৌই। মাগী মচানুপা অহন্না মমিং থাংলোইহন কৌই ॥

৬০। মাগী থাবা মচা-মশূ কয়ানি মাহুদি লেংতুবা ঙম্মরোই ॥ অনিশুবী মুপীগী মমিংনা অহোংবী কৌই মথুক ঙপই, য়াম্না মগুণ লৈ। অহোংবী রমনীনা মচা নুপা অনি পোকই থাংজিং লাইনা লীলা শাম্নবা থারানি ॥

জ্যেষ্ট পুত্র নাম সেই থিঙ্গোইহনবা ।
কনিষ্ট পুত্রের নাম সেইসে পারেম্বা ॥
পারেম্বের পুত্রদ্বয় নাম যে পুরেম্বা ।
এইমতে রহিলেন খুমন ধারা সবা ॥ ৬১ ॥

মুঞি অতি সুপামর অতি শয় দীন ।
কিছুই নাজানি মুঞি কৃপা গুরুজন ॥
অপরাধ না লইবে বৈষ্ণব সুজন ।
দীন হীন মঙ্গি সিংহ লেখিযে পুরাণ ॥ ৬২ ॥

---

৬১। মযাম্বা অহনগী মমিং থিঙ্গোইহনবা কৌই। অসিগী ধারা নালা অসিমম্তু ননাইনা লেংজবা ওম্মরোই ॥ অনিশুবা মচা য়াইমনা মমিং পারেম্বা কৌই। পারেম্বনা মচানুপা পুরেম্বা পোকই। মচে অমস্তুং মচন, ময়াম্বা অমস্তুং মনাও অমা ফাওবা লৈতে। অস্তুম্না হাওরম য়াইমা মাগী ধারা মোইরাংদা লৈয়ে ॥

৬২। মোইরাং কংলৈরোল রারী অসি পামজবদগী লেংজবনি। য়াম্না পাংদবা ঐহাক্নি শ্রীগুরু কৃপাদগী লেংজবা অসিদা দোষ লৌবিগনু থুকমজে। য়াম্না তোল্লবা মঙ্গি সিংহনি চানবীয়ু ॥

অহানবগী অধ্যায় লোইজরে।



## দ্বিতীয় সীমা

জয় জয় শ্রীচৈতন্য জয় নিত্যানন্দ।
জয়াদ্বৈত চন্দ্র জয় গৌর ভক্ত বৃন্দ ॥
শ্রীগুরু চরন পদ্ম করিয়া বন্দন।
ভগতি করিয়া বন্দ বৈষ্ণব চরন ॥ ১ ॥

রঙ্গনাথ প্রভূপদে মনে করি আশা।
মহিরঙ্গ ইতিহাস বর্নিতে লালসা ॥
মহিরঙ্গ নাম দেশ অতি অনুপম।
পুর্ব্বদিগে লক্ষীবিল দেখিতে সুঠাম ॥ ২ ॥

পশ্চিমেতে থাংজিংগিরি অনুপম গুণ।
শুরুঙ্গ মন্দির শোভে ভুবন মোহণ ॥
পুন্নাগাদি নাগেশ্বর কাঠাল চম্পক।
জম্বু লেম্বু অক্ষ প্লক্ষ আর কপিত্থক ॥ ৩ ॥

---

১। শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য প্রভুগী শ্রীনিত্যানন্দ প্রভুগী পাদ পদ্মদা হন্না হন্না খুরুমজে। অদ্বৈত প্রভুগী গৌরভক্ত গুরু গোস্বামীগী পাদদা খুরুমজে। শ্রীগুরুদেবগী পাদ পদ্মদা খুরুমজে অদুগী তুংদা বৈষ্ণব খিবিক্কী চরন্দা খুরুমজরি ॥

২। থাংজিং লাইগী চরন্দা চংভু নিজরহনা, মোইরাংগী ইতিহাস বারী থরদং লেংজগে নীংজহনা ইজরি। মোইরাং হায়বা লৈপাক অসি চাংদমনি'ডাই লৈতনা ফজবনি। নোংপোক্তা লোক্তাক পাৎনা ফজারি ॥

৩। নোংচুপ্তা থাংজিং চীংনা ওক্লা ফজরি। চীং অসিদা শুরুং লৈ. মন্দিরস্থ লৈ ; অঙকপা ফংনা ফজে। পুন্নাগ নাগেশ্বর

কমল ফুল পরি পূর্ণ অতি রম্য স্থল।
নানা জাতি বৃক্ষলতা সদাই প্রফুল্ল॥
লক্ষ্মীবিল শুসোভিত পরম নির্ম্মল।
স্ফটিক সমান জল অতি সেউজ্জল॥ ৪॥

মহিরঙ্গ নরনারী পদ্মের সমান।
রক্তোৎপল নীলোৎপল যেমন সোভন॥
অগতির গতি শ্রীল রঙ্গনাথ দেব।
কৃপা করি বিরাজিত যে বাঞ্ছা পুরাব॥ ৫॥

মহিরঙ্গে জন্মলোক পরম মহত্ত্ব।
নৃত গীত বাদ্য শাস্ত্র সবে পারগত॥
দেখি মাত্র সর্ব্ববিদ্যা বিদিত হয়েন।
সবে বলে মহিরঙ্গ নয়নেতে জ্ঞান॥ ৬॥

---

হৈবোং-লৈহাও, হৈজা-চম্প্রা, অঙ্গুর, উ খম্বাল, হৈক্রি-নচিংবা হৈপান-লৈপাল, উপান-রাপন্না থল্লবা থাংজিংনি।

৪। মতম নাইদনা লৈ শাংলি, লৈ মুল্লি, লৈ-লৈ কয়ানা থল্লবা উরি উপান্না অকাংবা নাইদনা শাংলি। নোংপোক থংবা মায়গৈদা (লক্ষ্মীবিল) লোক্তাক কৌবা পাংনা ফজরি, স্ফুটিক কৌবা মণিনা তৌবগুম ঈশিংনা ইরং লংনা ফজরি॥

৫। লাইরিক লেংজবা কবিনা উপামা অলঙ্কার তৌজরি, মোইরাং লৈপাক্কী নুপা-নুপীনা থরো-থম্বাল অঙাংবা, অঙৌবা অশংবগুম্না মোইরাংদা ফজরি। তোল্লবা জীববু কনবিগে হায়-দুনা থা জিং লাইনা চাল্লি। ইবুঙোদা খুরুমজবা মনাইদা নীংবা থুংবা পীবি॥

বালবৃদ্ধ যুবানারী ঈশ্বরে আসক্ত।
পুরুষ হইতে নারী অধিক আসক্ত॥
মণিপুরী স্ত্রীরিতি কে কহিতে পারে।
সিল্প বিদ্যা বিসারদ সদা মন স্থিরে॥ ৭ ॥

সেইবিদ্যা দ্বারে পোষে পতি পুত্র গণ॥
শশুর শাশুরী আদি করয়ে পালন॥
ভিক্ষা জীবী জনে দানে আনন্দ করয়ে।
এইত আচার সদা স্ত্রী পুরুষের হয়ে॥ ৮ ॥

---

৬। মোইরাং লৈপাক্কী পোকপা মীপুম খুদিং মগুণ য়াম্মে, মহৈ য়াম্মে, পুন্দ'-ঈশৈশদা, অগে'দা য়াম্না লৈ। মহৈ-মশিং পুম্নমক মিংনা উবদা হেক্তা লৈ। অদুনা লোশিং জ্ঞান পুম্নমক মিত্তা লৈ হায়দুনা খাগৎলৈ।

৭। মোইরাং লৈপাক্কী নহা-অহল, নুপা-নুপী অপাং পুম্নমক ঈশ্বরদা পুক্নিং চংঙি। নুপাদগী নুপীনা ঈশ্বর নীংবা হেল্লি। মোইরাং লৈপাক্কী মগুণ লেংবদা লোইবা ওম্মে.ই, মহৈ-মশিং পুম্নমক য়াম্মে, মতম পুম্নমক্তা পুক্নিং তপই।

৮। নুপীশিংগী মহৈ-মশিং অদুনা মচা-মশু, মপুরোইববু য়োকই, মনেম-মকুগী সেবা চংখোম্না তৌই। ভীক্ষা মপুং ফানা হাপ্তুনা অরাবা কোকহল্লি। অস্নুম তৌনা, ফজবা শাজত্তা নুপা নুপী পুম্নমক নুংঙাইনা লৈয়ে।

স্ত্রী পুরুষঃ ভেদ নাই পুর্ণিত বিদ্যায়।
নারীর মর্য্যাদা সেই সদাই ধরয়॥
শুনিয়োক শ্রুতাগণ করি নিবেদন।
রঙ্গনাথ লীলাগণ করিয়ে বর্ণণ ॥ ৯॥

অগাধ সমুদ্র যেন মহিরঙ্গ লীলা।
যথা শক্তি পারি লেখি এইগুণ মালা॥
মহিরঙ্গে চাওবা আর থোংলেন পুরেম্বা।
তিনজনরাজ্য রক্ষি প্রবল প্রতাপ ॥ ১০॥

খুম্বক খুনথা পানাদুই সুশোভিতে।
ন্যুনাধিক নাহিরহে সমান তাহাতে॥
শ্রীরঙ্গনাথে পুরেম্বা পুত্রভিক্ষা করে।
কতদিনে ভাংথবৈম গর্ভের সঞ্চারে ॥ ১১॥

---

৯। মোইরাংদা নুপা-নুপী খাইদনা মহৈ মশিং হৈ। নুপী ওইবীগী সন্মান ব্যেবহার রাঙাড শাজং ফজনা ভাকই। তাবিয়ু শ্রুতা থিবিকপু হন্না হন্না খুরুমজরি, মথা অসিদি থাংজিং লাইনা শান্নরকপা লীলা লেংজরক্কে।

১০ থাংজিং লাইগী লীলা অসিদি মপান নাইদ্রবা সমুদ্র-গুম্বা মোইরাং থাংজিং লীলানি। ননাই তোল্লবনা ভমজবা খরদং লেংজরক্কে। কেগে মোইরাং নৈপাক্কা চাওবা, নোংথোনবা কোৌশিং শিংবা, পাঙ্গন কনবা পুরেম্বা, লান্দ থোবা থোংলেন অহুম অসিনা নৈপাক ভাকই।

১১। মোইরাং নৈপাক অসি অনিথোক্কা খাইদোক্লে। খুম্বক পানা, খুনথা পানা, পানা অনি অসি হিদাম্নবগুম ফজে।

দর্শমাসে দশদিনে নক্ষত্রের সময়ে।
মাহেন্দ্র দণ্ডেতে সুভ লগ্নে প্রসবয়ে॥
এ পুত্র দেখিয়া পুরেম্বা আনন্দ অন্তরে।
রাজার সমিপে গিয়া বহু নতি করে॥ ১২॥

রাজা কহে কিবা বস্তু কহত আমারে।
পুরেম্ব কহয়ে প্রভু রঙ্গনাথ বরে॥
আজ আমি একপুত্র পাই কৃপা বলে।
পুত্রের মঙ্গল লাগী পার্থয়ে প্রভুরে॥ ১৩॥

---

অমনা হেন্দে, অমনসু রাগ্নে অসুয়া লৈ। শ্রীথাংজিং লাইদা পুরেম্বনা ইচানিপা অমত্তা পীনবিযু নিজবদা চানবীহুনা সুমিৎ কয়ানিগী ভুংদা চাংখরৈমা গর্ভগী লৈখোন ওইগ্রে।

১২। নোংম নোংমা হৌখিহুনা থা ১০, সুমিৎ ৴০ নি শুরহুনা অহিং নোংয়াই চপ চানা (মাহেন্দ্র) মৈগী পুংকমদা মচানুপা অমা কংজরে। অডা' অহু উবদা পুরেম্বা হরাওখ্রহুনা নিংথৌগী শঙ্গাইদা চডহুনা থুরুম্মী।

১৩। নিংথৌনা হংজি ইপু পুরেম্বা, করি রাবু হায়নিংবগে। পুরেম্বনা মহারাজ ইবুঙো। ইবুধৌ থাংজিং লাইগী থৌজান্দগী হৌজিক ইচানুপা অমা কংজরে; ইচাগী মঙ্গল ওইনবগীদমক নিংথৌ শ্না চয়ন্দা থুরুমজরি।

মহিরঙ্গে রাজাস্নেহ প্রকট রাঙ্গয়ে।
রাজাকহে কিবাকরি কি বঙ্গা হৃদয়ে ॥
পুরেম্ব কহয়ে কংলা য়াইবুং বাজিলে।
মহিরঙ্গে খ্যাতিহবে রাজা স্নেহ বলে ॥ ১৪ ॥

কৃপাকর বাজাইব এখন সময়ে।
শুনিরাজা অধমুখে শুনিয়া কহয়ে ॥
শুনহ পুরেম্ব এই অসম্ভব হয়ে।
এইত মৃদঙ্গ বড় সামন্যত নয়ে ॥ ১৫ ॥

---

১৪। নিংথৌনা ইপু পুরেম্বা কৌরি তৌসিগে, পুরেম্বনা কেগে মোইরাং লৈপাক অসিদা পুরেম্বু নিংথৌনা চাপ্লি খঙহন-নীংই। মোইরাং নিংথৌনা ইপু কৌরি পাম্বী, পুরেম্বনা মহারাজ ইবুঙো! কংলা য়াইবুং য়েরবদি পুরেম্বা এবু নিংথৌনা চাপ্লি হায়বসি লৈপাক্তা সেং কায়না খঙনগনি।

১৫। নিংথৌনা চানবীহনা স্না য়াথং পীবিয়ু, মনাই পুরেম্বনা হৌজিক কংলা যাইবুং য়েঙরুগে। মা অদু তাবদা মোইরাং নিংথৌ চিংখু তেনহৈবনা লুংলুক্লনা খল্লগা হায়রকই, ইপু পুরেম্ব অস্থুপ্লা! হায়রিবা মা অদুদি ওইথোক্তবা থবক্নি। মাঙদ থোকখিত্রি, তুংদস্থু লাকওই, পুং অসিগি অচম্বা নত্তে।

চারিপানা খুন্থক খুনথা আর যত।
চতু ষষ্ঠী পদবী মন্ত্রী যুবরাজ পাত্র॥
সকল মিলিয়া শুভসে লগ্ন দেখিয়া।
রঙ্গনাথে দানকরি রাখিছে পূজিয়া॥ ১৬॥

রনের কালেতে বাধে অন্যথা নাবাজে।
অমঙ্গল হবে এহি নহি শুভ কাজে॥
পুরেম্ব কহয়ে প্রভু অসুভ নাহয়ে।
আর যে প্রার্থনা করি দুঃখিসে হৃদয়ে॥ ১৭॥

এমহি রঙ্গেতে প্রভু আমার লাগিয়ে।
শুভাশুভ নাগুনিয়া দিবেক মানযে॥
প্রভুলাগী প্রাণবিক্রি সর্ব্ব কর্ম্ম করে।
এহিবলি অধমুখি দুঃখিত অন্তরে॥ ১৮॥

---

১৬। পানা মরিনে খুন্থক-খুনথা ফমনাইবা ৬৪, মন্ত্রি যুবরাজ নিংথৌ প্রজা পুম্নমক তিল্লগা অফবা পুংফম লগ্ন যেংহুনা পুং তিংলগা থাংজিং লাইদা কংলগা পূজা তৌহুনা থমলিবনি।

১৭। ইপু পুরেম্বা য়েরবনা লান্দাররুবা শাগী লানগী মতাং থোক্লরবা কান্দদা নৈ-নবনি। অতোপ্পদদি য়ৈনদে, অফবা ওইরোই, ফত্রবা থোক্তনি। পুরেম্বনা মহারাজ ইবুঙো, করিস্সু ফত্তবা থোক্লোই অহুপা ননাইনা নীংজবদি।

১৮। মোইরাং নৈপাক অসিদা থবাই য়োম্বোক্লুনা স্না খোংগঞ্জরকপগী হায়রবদি অফ-ফত্ত য়েংদনা পীবিগদ্রা নীংজৈ। অসি হায়রগা থবাই মুংঙাইতবা মনীং খুংঙমদগী মূশুক মূনা কাহুনা বা ঙাওদনা নৈদ্রে॥

রাজা কহে শুন পাত্র আমার বচন।
কংলা য়াইবুং বাজি কালে লোক সবজন॥
থোংলেন চাওবা আদি সকল আসিবে।
রন সজ্জা অস্ত্রধারি কেমনে রক্ষিবে॥ ১৯॥

পুরেম্ব কহয়ে প্রভু মোর দায় হবে।
মিত্র স্নেহে থোংলেন চাওবা না ক্রোধিবে॥
অঞ্চলে পাতিয়া এ ভিক্ষা মাগিয়ে।
রাজা কহে ভাল হয় মৃদঙ্গ বাজয়ে॥ ২০॥

প্রজার আসিবা কাল রহ মোর সঙ্গে।
ভালবলি কংলা য়াইবুং বাজে মন রঙ্গে॥
রাজার সমিপে আসি রহে মন সুখে।
ধ্বনি শুনি নিদ্রা ভাঙ্গি উঠ মহিরঙ্গে॥ ২১॥

---

১৯। অদু উবদা মোইরাং নিংথৌনা ইপু পুরেম্বা, কংলা য়াইবুং অসি যৈকংলা মোইরাং অপুম্বা থোংলেন, চাওবনচিংড়না লাংগী থৌরাং তৌহনা খুংম্ব-খুংনল ই শায়হনা অথেংবা অহিং অসিদা লাক্কনি কনানা খানগনি।

২০। পুরেম্বনা হাঙ্গংলৈ, মহারাজ ইবুঙো! ঙ্গা পুক্কিং চিংনবিগনু, খুংশিনবা মরুপকী প্রেমদা চাওব, থোংলেন অনিনা শাউবিরোই অমংফও খুংমক কিগাও শানা নিজরি, পুং যৈজগে। মোইরাং নিংথৌনা ফরে ইপু পুরেম্বা ননিং থুংজরো, বংলা য়াইবুং যৈজররো।

২১। অদুগা রা অমা হায়গে প্রজানা লাকুনা পৈরবা কাওবদি চংথিবা য়াদে। এেম্বু দরবারদ থোক্লগে, পুং যৈরুরগা এেগী

রনবার্ত্তা মনেভাবি কুলাহল করে ।
যার তার অস্ত্র শাস্ত্র সাজিল সবলে ॥
আটগ্রাম চারিপানা খুনথা খুন্থক ।
অস্ত্রধারি পারি আর যুবা বৃদ্ধ লোক ॥ ২২ ॥

নিদ্রা ত্যজি লোকউঠি সাজিল সকল ।
খাদ্রাকপাদি চতুষষ্ঠী রাজ পুরে এল ॥
গজপতি অশ্বপতি সজে যতজন ।
এইকথা রাখিবেক শুন শ্রোতা গণ ॥ ২৩ ॥

---

নাক্তা লৈগদবনি। মতু তাবদা, যরে চায়তুনা কংলা কাহুনা য়াইবু' য়ৈখ্রে মনিং থুংনা, অতুগা হল্লতুনা মা নাক্তা লৈখ্রে। পুংগী পুংখোন তাবদা বেগে মোইরাং অপুম্বা মিকপ থোকখ্রে।

২২। লালগী পাউনি থন্দুনা পুমনিন নিম্নরক্লে, মাগী মাগী খুংশু-খুংলাই পায়নখ্রে, খুঙ্গং ৮, পানা ৪, খুন্থক খুনথা থাঙ পায়বা হৈবদগীনা থাঙ পায়বা ঙম্লিবা নহা অহন অপুম্বা।

২৩। তুম্বা হিয়া তোক্তুনা মাগী মাগী লালগী থোরাং তৌহুনা খাদ্রাকপনচিংহুনা ফম্লাইবা ফংদো ৬৪ মা কোন্নুংদা লাক্লে। শামু হঙবা, শগোল হঙবা, দোলাইরোই হঙবা পুম্নমক মা কোন্নুংদা পৈরক্লে। তাবিয়ু শ্রোতা খিবিক প্রজাগী রা অসি থমজখিগে।

এণা থোংলেন রুনসুর মনেতে ভাবিল।
আমি যাব চাণ্ডবাসিং পুরেম্ব রহিল ॥
এমন সময়ে কুন দেশ গ্রামি গণ।
মহিরঙ্গ ভখিবারে আসি কুন জন ॥ ২৪ ॥

আমার মহিমা গুণ প্রকাশ করিবে।
এহিবলি থোংলেন আকর্ষি মন্ত্র জপে ॥
কংলার মৃদঙ্গ বাজে কার জন্য দেখে।
বুঝিতে নাপারে লোক মুর্ত্তিমান দেখে ॥ ২৫ ॥

রঙ্গনাথের লীলা লাগী নিশ্চয় নাপারি।
তবুধরি মারিয়াছি পরাণ সকলি ॥
নরশক্তি নহে থোংলেন মহিমা অপার।
রঙ্গনাথে প্রনমিয়া জীব সংহারিল ॥ ২৬ ॥

---

২৪। অসোমদনা থোংলেন লান্দ থৌবা পুংখোল ভাবদা রাংখল তৌই। কেগে মোইরাং লৈপাক অসিদা এম্ব লৈরি, পুরেম্বা লৈরি, চাওবস্ব লৈরি, মতম অসিদা করম্বা থৌনা লবা খুঙ্গং দেশ করম্বনা মেইরাং লৌগে লাকপনো? মাসি নুঙ্গোইবী লুরেন চনকৌদ্রবদি মানা লাকচখিগনিকো।

২৫। অসি খল্লগা হায়রকই, থোংলেন এগী ইত্তিক খঙহন্দো চন্দাক্তি এগী ঈগুণ ফোংদোক্কে হায়দুনা থোংলেন আকর্শন তম্বনা নুঙ্গোইবী লুরেন চনগে হায়দুনা মথাই মমি কৌদুনা থেংভি। করিগী পু য়ৈবনো রাথোকহল্লিবা কনানো, মথাই মমিদো কৌবদদি লাক্লে মশক্তি খঙদ্রে।

২৬। তাবিযু শ্রাতা থৈবিক থাংজিং লাইনা মশক খঙদ্রবদি এগী লীলা মুংভাররোই হায়দুনা মশক খঙহনখিদ্রে। অদুবু

রন যাইবার লাগী শাজন করিল ।
রহরহ বলি থোংলেন অধর দংশিল ॥
কালধুতি আর কাল বস্ত্রের পাগুরি ।
কোচায় বান্ধিল পৃষ্টে বীরবেশ করি ॥ ২৭ ॥

সর্ব্বাঙ্গে কালের কর্ম্ম স্বর্ণের বোতাম ।
রাজাদত্ত পজেং ধ্বজ গুনেতে উত্তম ॥
গণ্ডাচর্ম্ম চারিচক্র মণ্ডলী আকার ।
সুবর্ণের চারিচুমা খচিত তার ॥ ২৮ ॥

---

থোংলেননা লাক্লিবা জীব অহু খারহুনা লুকেন চনখ্রে। মী নকে থোংলেন, লাইগী শক্তিনি, মতিক মগুণ চাওবনি, খাংচিং লাই খুকমহুনা মুঙ্গোইবী সরেন চনখ্রে।

২৭। অহুগী তুংদা লাল চৎবদবগী থোংবাং তৌরক্লে। লৈরম্মু হায়ছুনা খা চিকই, ফিমু লাংবাম ফিমু ফুরিৎ, ফিমু কোয়েৎ, অমুবা মচু ওাক্তনা লৈতেংনি, অহুগা মাংগী কুক্লা মতোন অহু তুংলোমদা যেংা সিচেংপু বীরবেশ কৌই।

২৮। ফিমু ফুরিৎ সাই-চোম্বা অহুদা স্নরুপ্পা কুদাম পরেং অহুনা লংনা ওাংা থৈজে। কোয়েৎ অহুদা নিংথৌগী শাওম-লানওম, মনা পজেং-ফিরান তোনবনা কয়া ফজৈ। শামু-গণ্ডা মউনগী চুঙ্গোই মখোং মাম্ববা, মুংক মুবা, স্নরুপ্পা ফুল মরিনা লৈতেংবা।

রাঙ্গাচুনি চারিদিগে চক্রসে মধ্যত।
মণোহর কালাবর্ণ দেখে চমকিত॥
নিৰ্ম্মিত পাকাল লুহা আর ভস্ম শাল।
স্বর্ণমুষ্টী কাটা নিরমল তরুয়ান॥ ২৯॥
হেন খড়্গ চর্ম্ম খোংলেন হাতেতে ধরিয়া।
উঠিল অশ্বেরোপরে গর্জ্জন করিয়া॥
খোংলেনের অশ্ববর অতি উচ্চতর॥
নৌগ্যবণ কামগমা পুষ্প সমসর॥ ৩০॥
উগ্রগৃধ মভগত পীন পয়োধর।
হেন অশ্বে উঠিলেন রনে মহাসুর॥
যাত্রাকলে সর্ব্বসৈন্য জয়ধ্বনি করে।
বাদ্যকারি বাদ্যগণ সঘন বাঝিরে॥ ৩১॥

---

২৯। চুঙ্গোই ময়ায়দা ঙাংশং ঙাংবা সনা মচুগী ফুল লাপ্পা পুমিং থোকপগুম লংবা চুঙ্গোই অমুবা অচুগা ফুল মমিং অরংবা অচুগনা নোংথাংগুম্বা মিং থকপা। থাংজ ৭ তিন্দুনা শাবা থাঙশাং কোঙ্লিং কাদবা সনাগী স্বরুপ্রা খুচুম হৈবা॥

৩০। কেগে মোইরাং লৈপাক্তা খোংলেনগী থাঙ মমিং চাওনা চৎপা থাঙনি। অচুগুম্বা থাঙ পায়চুনা শগোলথক্তা কাযগা ঙংঙি খোংলেনগী শগোল অকাগুবনি, বাং-চাউই, পাঙ্গল কল্লি শাজং ফৈজে মচিন লৈগুম্বা নৌই॥

৩১। লুকা ফজৈ, শাজং ফজৈ, মথিক-মথা কল্লি, চোংবদা শেনবাং পাইবগুম্মী অসিগুম্বা শগোল মথক্তা তোংলে খোংলেন।

থোংলেম্বর রনধ্বনি ভুবন কাম্পিল।
শুনি রাজা ত্রাস পায়া পুরেম্বে কহিল ॥
ভঙ্গহবে দরবার রাখহ যতনে।
যে অজ্ঞা বলিয়া শুর চলিল তখনে ॥ ৩২ ॥

অস্ত্রধরি কংলা উত্রা আগেতে রহিয়া।
দীর্ঘনাদে বাহুতুলি কহেন ডাকিয়া ॥
শুনহ প্রাণের মিত্র আমার বচন।
রাজা আগে আমিরাহ প্রজার রক্ষণ ॥ ৩৩ ॥

---

যানা মতমদা মাগী মাগী তেঙ্গোন্না জয়ধ্বনি তৌই। পুং-শেন য়েবা খিবিরা য়েপ্রে, শা-লাও লান-লাওথোন্না নিনপ্রে ॥

৩২। থোংলেনগী শা-লাও লান-লাওথোন্না পৃথ্বী নিকই। তাবদা নিংথৌ মিপাইগ্রভুনা পুরেম্বদা হায়রকই, লৈপাক মাঙবা, দরবার কায়বা তারে ইপু পুরেম্বা অস্তুপ্পা! থোংলেন খাম্মো, তাবদা কগনি হায়ভুনা পুরেম্বা থোরক্লে ॥

৩৩। পুরেম্বা কংলা উত্রা মাঙদা খুৎলাই পায়ভুনা লেপ্লগা খোঞ্জেল রাংনা পাম্বোম থাঙ্গত্তুনা কৌরকই। তারো তারো চাম্নরবা মরুপ ইভাও থো লেনবু! নিংথৌ সা নাক্তা প্রজা ছারবগীদমক পুরেম্বা ঐ লৈয়ে ॥

ক্রোধ নাকরিহ শুর শান্ত কর মন।
তুমিআমি সঙ্গকরি রাজারে সেবন॥
খোংলেন কহয়ে তুমি আগে ভাল হৈল।
আমি আসি তোমাসঙ্গে পালন প্রজার॥ ৩৪॥

এহি বলি অশ্বহৈতে নামিয়া তখন।
হস্ত ধরাধরি দুই রাজাগ্রে গমন॥
রাজাকে প্রনাম করে খোংলেন রন স্থুর।
রাজাকহে বৈস্য মন্ত্রী আসি ভাল হৈল॥ ৩৫॥

খোংলেন কহয়ে প্রভু বিলম্ব হইল।
এখনে আসিল আমি চরণে বন্দিল॥
ক্রোধ না করিহ মনে দাস্য ভাব শুনি।
আর যে প্রার্থনা নক্তে মৃদঙ্গ বাঝনি॥ ৩৬॥

---

৩৪। শাউগনো শাউরগনো পুক্রিং তপথো। মরুপ নংগা ঐগা লোয়নদুনা নিংথৌ থোগন তৌসি লাও। তাবদা খোংলেন্না খুম্মকই, সুংঙাইরেদা মরুপ নংনা হান্না লৈরম্বা ঐথোয় অনি চঙদুনা নিংথৌ প্রজা ঙাকসি॥

৩৫। অসি হায়রগা শগোলদগী কুমথরে। খুৎকা-খুৎকা পায়নদুনা স্না মাঙদুদা চঙলকই। খোংলেন্না নিংথৌবু খুরুম্মী। মোইরাং নিংথৌনা ইপুথোংলেম অথৌবা লাকপা কয়েদা পোথারো নফমদা ফয়দুনা॥

৩৬। খোংলেন্না হঙ্গৎলি—মহারাজ ইবুঙো, ননাইদি খরা তপ্লক্লে, হৌজিক্তা য়েৌজরকই স্না চরন্দা খুরুমজরি, ননাইনি

মহিরঙ্গে খোংলেন চাওবা পুরেম্ব রহে।
তিনের প্রতাপ শুণে সকল নাসহে ॥
কুনদেশের মনকথা কহিয়ে কারন।
যার তার কর্ম্মফলে লইব পরাণ। ৩৭ ॥

রাজা কহে শাস্ত্র কর ইহার কারন।
পুরেম্ব সকল জানি অশুভ নহেন ॥
শুনি পুরেম্বেতে কহে তুমি আগে ছিল।
আজ রাত্রে কংলা য়াইবুং কি লাগি বাজিল ॥ ৩৮ ॥

---

নীংবিহুনা শাউবিগনু। অঁহুগা রা অমগা হঙ্গংচরি, ঙসি নোংয়াই মতমদা কংলা য়াইবুং ঢৈববু ॥

৩৭। কেগে মোইরাং লৈপাক অসিদা স্না থোগন তৌহুনা ননাই খোংলেন চাউবা পুরেম্বা অহুম লৈজরি। ননাই অহুমগী পাঙ্গমা থিংলিবা মোইরাংদা কন্নবা লৈপাকী অকনবা কনানা লান্দারকপগে তাকপিয়ু। মাগী মাগী কর্ম্মগী মতুং ইন্না মংহাক্ত লৌগে ॥

৩৮। মোইরাং নিংথৌনা হায়রুকই, ইপু খোংলেন হুপথৌ অহুগা কংলা য়াইবুং ঢৈবগী মরমদি পুরেম্বদা হংজু, কজবা নত্তে। হাবদা খোংলেম্না হিত্তাও ইবুঙো পুরেম্বা মরুপা স্না থৌগল হাল্লম্রে, অহিংদা য়াইবুং ঢৈববু মরম কহিগীদো ॥

মনে ভাবে আজ দিনে মরিবে নিশ্চয়।
আমি মরি খম্বু দিদী জীবন নাহয় ॥
হাহা প্রভু দয়াময় পতিত পাবন।
তোমা বিনা অধমের নাহয় জীবন ॥ ১৬ ॥

প্রভুর সেবার লাগী ইহা আগমন।
মোরে না রক্ষিলে প্রভু কলঙ্ক হবেন ॥
ক্রন্দন করিয়া খম্ব ডাকিল যখন।
সেই কালে বৃক্কানারী মুলে দেখিলেন ॥ ১৭ ॥

---

(১৬) খম্বনা খল্লি ঙসি হায়বা মুমিৎ অসিদা ঐদি শোয়দনা শিরগনি ওন্থোক্লা লাইবক থীব্রেদা। খম্বু কৌবী ইচেদো ঐবু মোকপদা নুংঙাইবা শরুক য়াওরক্কবা ইচেনি, ঐগীদমক ইচে শিবতাই অসি খল্লুরগা ঐবু কনবীগদবা কনানো খল্লুবদা থাংজিং লাইনি খন্দুনা মবুঙোবু কৌরক্লে, ইবুঙো! তোল্লবা তারবা জীববু কনবিবা ইবুঙো নত্তুনা মনাই খম্ববু কনবিনিঙাই লৈতে।

(১৭) মনাই খম্বনা লৈ হেকপা লাকপসি ইবুঙোদা কৎন চনবা লাকপনি অদু কংগে হায়দুনা মহৈ নিবা নত্তে, অমুম্বা ননাইবু কন্দদুনা শিরবদি ইবুঙোগী মিংচৎ অথীবা লৈহৌগনি অসি হায়দুনা থাংজিং কৌদুনা কপ্লক্লে মনাই খম্বনা। মতম অসিদা ঙসাইগী অহন ওইরবী নুপীদো উথোংহুদা লেপ্লরে।

ওহে বাছা পুষ্প কাট কিভাব অন্তর।
খম্ব কহে মাতা তুমি কুথাতে গেসিল॥
শুন বাছা জলখাই ভয় না করিবে।
বাক্য শুনি ভয় কম্প সকল না রহে। ১৮॥

প্রবল প্রতাপ হয়া উঠিল বুক্কেতে।
ব্রজনাথের কৃপাবল কেপারে বুঝিতে॥
পুষ্পের সমিপে যায়া স্বলিতে লাগিলে।
শুন বাছা সেই পুষ্প সিলাতে কেলিলে॥ ১৯॥

---

(১৮) অদুগা কৌরকই ইমাগী ইবুঙো কাখৎলু লৈ হেকউ, করিনো কিত্রা, করি খল্লি নবুঙোগী সেবানি শিরোইয়ে। খম্বনা ইমা নঙদি কদায়দা চৎলুই হংঙি। কোইরেন লৈমনা ইবুঙো ইমাদি ঈশিং খোয়াংহুনা ঈশিং থকপা চৎলুই, মা অসি ভাবদা খম্বসে মশা নিকপা অকিবা হুমাং পুম্নমক মাঙথ্রে, অকিবা লৈখিদ্রে।

(১৯) অকিবা লৈখিদ্রে পাঙ্গল অহৃ হায়দগী শক্তক চাম্মা হেজংথ্রে অকিবা লৈতনা কাখৎথ্রে। লাইরিক লেংবনা হায়জরি অমুক চাউথ্রবা থাংজিং লাইগী মগুণ থাবনা রাৎকনি, ইবুঙোগী মগুণা হেনগদবনি। খম্ব শাৎলিবা লৈগী মনাক য়োরহুনা লৈ হেকই অহৃ উবদা কোইরেনলৈমা মমানা পারি ইবুঙো খম্ব লৈহৃ থাথরকখিনু মূং মথকসিদা তারবদি।

পুষ্প ভাঙ্গা হয়া সর্ব্ব নাশিবে সকল।
কাপর পাটিবে আমি কেলাহ উপর॥
ইহাতে পড়িলে যদি পুষ্প ভাল হবে।
শিলাতে পড়িলে যবে পুষ্পক নাছিবে॥ ২০॥
বাক্য শুনি ভাল বলি পুষ্পগুলি ফেলে।
তারপরে খম্ব নামি পাই বৃক্ষ মূলে॥
পুষ্প সব রহিয়াছে সুন্দর হইয়া।
বৃদ্ধক রমনী নাহি চৌদিগে দেখিয়া॥ ২১॥
পুনঃ পুনঃ দেখিমাত্র দেখিতে না পায়া।
ডাকিতে নাশুনে পুনঃ দেখা নাই পায়া॥
এই রঙ্গনাথ লীলা বিশ্বাস না হবে।
সর্ব্বনাশ হইবেক সকল যানিবে॥ ২২॥

---

(২০) লৈশিংদো কায়-তোইহ্নুনা মাঙলগনি, ইথানা ফি থাখিগে হায়হ্নুনা উখোং অহ্নুদা কদায়দগী পুরকপা কিনো শিদগীনি খঙদে, অঙকপনি ফি পাক্সা ফজনা থাগ্রে।

(২১) ফজবা রাঙাঙতাবা অমস্তুং ফি পাক্সা থাবা অহুগী মথক্তা অকিবা লৈহন্দবা থোজান মযাম অসিমা খম্ব, শাংলিবা লৈ পুম্নমক হেক্তুনা থাথরে অহুগী তুংদা খম্বা উদগী কুমথরক্তুনা উখোং য়োরে লৈশিং অহ্ ফজনা লৈরম্মী মপোপ কায়দে অহুগা অহেন ওইবী মুপী অদুস্ লৈরমদে, থাখিবা ফি অমুমস্তু লৈরম্মদে।

(২২) খম্বনা ইমা ইথা হায়হ্নুনা কয়ারক কৌই তাখিরে।

প্রভাতে যাইব মনে নিশ্চয় করিল
সে কালেতে রঙ্গনাথ গোপনে ঊঠিল ॥
এক ব্যাঘ্য পাঠাইয়া বিড়ল ধরিয়া।
পিছে দ্বার হৈতে রক্ত বাড়ি বিয়াপিয়া ॥ ২৩ ॥
আর কথা রঙ্গনাথ ব্যাঘ্র পাঠাইয়া।
খম্ব থম্নু লয়া গেল পথ দেখাইয়া।
ইহার বিস্বাস লাগি পুষ্প স্বলি লেখি ॥
বিস্বাস নাহবে যদি সর্ব্বনাশ দেখি ॥ ২৪ ॥

---

অদুম শকউবা ঙমখিদ্রে। মসি থাংজিং লাইনা মগাই লুপী থাদুনা খম্ববু কনবনি, অস্থুম্না শামবা অসিবু থাজদ্রবদি পুন্নমক মাঙগনি মরম অসিনা য়াম্না থাজনা থাংজিংবু খুকর্মসি।

(২৩) তাবিয়ু শ্রুতা থৈবিক মোইরাংদা ঐ হিংবা ঙম্মরো ই হয়েং নোংঙানবদগী কবুই সনাং ইপাগীদা চৎলগে হায়হুনা চৎপা ভারক্লবদা খম্ব-খম্নু অনিবু লোৎলগে থন্দুনা, মাগী শাদোং কৈজাও থায়ক্লুনা হৌদোং অমা হাৎলগা মনিংথোংদগী ইথোল থুংনা ঊ তাহনবা।

(২৪) অতোপ্পা অমনা চীংদা ইবুঙোগী শাদোং কৈজাও থাহুনা লম্বী চিংবা অদুগা মচিন-মৌপাবু ঙাকপা শেনবা মসিগী কান্নী অসিদা লাইম্নিক অসিবু পাবা অমসুং ঙাহদা লাইরিক লেংবনা পঙলেং লেংশিনবনি হায়নবা য়াই হায়দুনা লৈ হেকপদা ইবুঙোনা শামবা লীলাবু লেংজবনি। লীলাসিবু থাজদ্রবদি মরুকংনা মাঙগনি।

অন্ত্রনা যাত্রিহ বলি খরিয়া থাকিল।
সভাতে বান্ধিতে অঙ্গ লরিতে নারিল।
বৃক্ষ কাটি দোল সাজি প্রাঙেতে আইল।
হোই শব্দে ভূমি কম্পে মহা কোলাহল ॥ ২৫ ॥

ইহার কারন লিখি শুন শ্রোতাগণ।
এমত দয়ালু হয়া কেনে থাকিলেন ॥
অলঙ্কার লাগী খোংলেয়ের রহিবারে।
খম্ব বান্ধি রাখিলেন রাত্রির ভিতরে ॥ ২৬ ॥

---

(২৫) অতোয়া অমনা কবুই মনাই হাওয়ায়া খুংলোই থাগদু পুল্লু হায়দুনা মচিন-মৌপ্বাবু উরিনা পুন্নগা দোলাই শাদুনা হোই লাউদুনা কবুই শলাং নিংথৌগী শুমাংদা থাই হায়বসি য়াম্না চিংনবা য়াই।

(২৬) মসিগী মরম খরদং ইজরি, তাবিয়ু শ্রোতা খৈবিক অদুক মুংশিনা পুবিরগা করিগী উরিনা পুন্দুনা মী হাৎপা হুরনাবশুম করিগী পুবগে হায়গনি। মাগী চিংনবা কোকবা তাবিয়ু। লৈ লাংবদা শেৎনবা কি য়ায়বা লাকপদা খোংলেনগী হোজংদা খম্ববু মনাইশিংনা পুন্দুনা অহিং অদুমা লৈহল্লি, মচেনা কাও হোইদুনা লৈরগদৌরি।

সর্ব্বলীলা ব্রজনাথ আপন- ইচ্ছাতে।
সুখ দুঃখ দুইমিলি 'আসে' সংসারেতে॥
অপরাধ না লইবে বৈষ্ণব সুজন।
দীন হীন মজিসিংহ রচিয়ে পুরাণ॥২৭॥

---

(২৭) লীলা শাস্ত্রদিবা পুম্নমক অসে ইবুঙো মানা ভৌবনি, লীলা মুংঙাইনবা নোংবান্দা অমুক তোং, থম্মদা অমুক তোং, শাস্ত্রবনি। থোংলেন করি হেন্না অথৌবা থৌনা কবা ঙইগদগে। ইবুঙো মাগী থোজাব্রনি। চাওবনা করি হেন্না শিংগদগে, ইবুঙো মানা শিংহনবনি। অবাবা মুংঙাইবা অনি অসি নত্তনা সংসারগী করি লৈবগে। গোবিন্দনা মহাভারত শাস্ত্ররমদাইদা পাণ্ডোপ মচাবু বন চংহল্লি। লাল ভৌরমদাইদা, অকনববু পোনহল্লি, অপোনববু কনহল্লি শ্রীগোবিন্দজীনা। অহুগুম্না থাংজিং লাইনা শাস্ত্রবনি। অপোই-অঙাম পুম্নমক বৈষ্ণবশিংনা ঙাকপিয়ু, তোল্লবা মজি সিংহনা পুরাণ অসি লেংজরি।

(মতাং অসিদা মঙাশুবা অধ্যায় লোইজরে)

---

## ষষ্ঠো সীমারম্ভ

সর্ব্বশ্রুতাগণে বন্দে প্রনতি করিয়ে।
খম্ব খমনু দুইকথা বর্ণ স্বভয়ে ॥
এথা খমনু খম্বলয়া ব্যাঘ্রেতে ভপিল।
খম্ব দেখি ব্যাঘ্রেনেত্রে ঝরে প্রেমজল ॥১॥

ব্যাঘ্রকহে প্রাণ পুত্রী আমি না খাইব।
প্রভু আজ্ঞা রক্ষাকরি তোমা লয়া যাব ॥
তিনপাদ গেলাতবে পৃষ্টে দেখাইল।
পৃষ্টে ধরি লয়াযাব এইচিহ্ন দিলে ॥২॥

---

( তরুকগুবা অধ্যায় )

(১) তাবিয়ু শ্রুতা থৈবিক মখা অসিদি অঙাং অনিগী রারী লেংজরগে, খমনুনা মখোয় অনিবু চাবিয়ূ পীরুবদা ঘাত্রে অদুগা কৈনা খম্বা য়েংলগা কপতুনা লৈরে।

(২) পাম্বা কৈরেন অচৌবনা হায়রকই হে খমনু ! নখোয়বু চাবা লাকপা নত্তে, নবুধৌ থাংজিং লাইগী থৌদা লাকপনি নখোয় অনিবু থিনবিগে লাকপনি ইপাকী নময়গন্দা কোম্বু পোহনা পুবিগে হায়দুনা খোঙকম অহুম হন্দোক্লগা মনগনবু উন্দুনা লৈরে।

খম্বু বলে না খাইলে রহ আমি যাই।
খম্ব স্কন্ধে ধরিচলে ব্যাঘ্র রাখিলেই॥
পুনঃ ব্যাঘ্র পথরুদ্ধি পাদ প্রসারিয়া।
পৃষ্ঠেধর বলি ব্যাঘ্র পৃষ্ঠে দেখাইয়া॥ ৩॥

নাজানিয়া পুনিগেল ক্রন্দন করিয়া।
তিনবার দিতেতবু জ্ঞান নাপাইয়া॥
আইস পুত্রী আমাসঙ্গে লঞি তুমাহুই।
ইবলিয়া কান্দি ব্যাঘ্র আগে চলি যাই॥ ৪॥

প্রভুভক্ত কুকুরের সমান হইল!
আগে যাই পথদেখা গমন করিল॥
চলিতে নাপারি খম্বু অন্ধার কারনে।
খম্ব ধরি ভারিবহু হুবেতে গমণ॥ ৫॥

---

(৩) মরোন তিরদবা খঙনদবনিনা খম্বুনা চাবিয়ু হায়বা রাজ্রবনিনা লৈবীহৌরো হায়দুনা খম্ববু পোরগা থৈদোক্তুনা চৎলে, অহু উবদা কৈনা অমুক খম্বু নঙবু চৎপা রাগনি ইপানা পোবিগে, হায়দুনা মমাঙদা খত্তুনা মনঙল উৎলি॥

(৪) কৈনা হায়রিবা মরোন অহু খঙদবনিনা খম্বু কৈ অহুবু অমুক থনমগা থৈদোক্তুনা চৎলি অস্তুম্না অহুমলক শুনা তাকপদা লোৌবা ঙমদ্রে, জ্ঞান তাদ্রে। কৈনা অদুদি ইপা লম্বী চিংগে নঙনা তুং ইল্লকউ হায়দুনা মাঙ থাদুনা চৎলি।

(৫) তাবিয়ু থাংজিং লাইগী লীলা, কিনপ্রবা কৈজাওদো মাগী লীলানা মপু নীংবা হুইগা মামনা মপুক তপ্না মাঙ চিংদুনা

তিনদুঃখে বসিরহে রজনাথ স্মরি।
সেকালে রজনাথ ব্যাঘ্র নেত্রে জ্বলি॥
প্রদীপ সমান তেজে পথ দেখাইল।
পুনঃ উঠি খম্বু চলি প্রবল হইল॥৬॥

ব্যাঘ্রনেত্র পথদিয়া পৃষ্ঠেতে গমন।
সর্ব্ব সক্র রক্ষাকরি চলেতিন জন॥
শেষরাত্রি কালেপাই সলাংক্ষেত্র স্থান।
সেইস্থানে তিনপথ ভ্রম হৈল মন॥ ৭॥

---

চৎলে। থর চৎলগা চৎপা ঙমদ্রে। খম্বু অহিংগী অমম্বনা লম্বী উদবগা, খম্ব পোৎবগী রাবগা লম্‌পাং লাকপগী মপা অহু চোক-থবগা অরাবা অহুম অসিনা তিনদ্রে, খোঙ থাংবা য়াদ্রে।

(৬) অরাবা অমামকপু পুবা ঙমদবা অহুদা অহুম পুম্না তিনগ্রবদা খম্বু উপাই উখিত্রহনা মোইরাং থাংজি মবুধো কৌদুনা কপ্লগা কমহনা পোগ্বারগা লৈদ্রে। মনাইগী অরাবা উবদা থাংজিং লাইনা কৈগী মমিত্তা থাউমৈঙুম্না মঙাল পীগ্রে। অহুনা লম্বী উহন্দুনা ঙাল্লে অহুগা মনাই খম্বুদনা মপাঙ্গল পীরে, অহু ফংলবদা খম্বু অমুক হৌগত্তুনা লাক্লে।

(৭) কৈগী মমিৎনা থাউমৈঙুম্না পীদুনা কৈনা নিংহল্লনা চৎলি। অতোপ্পা হিংচা-মাইতম য়েন্নবা কৈনা ঙাক্তুনা লাকপনা নোংঙাল্লমদাইদা সলাং মাইবগী পামপৌ য়োরে, মফম অহুদা লম্বী অহুম ফাংলমলে॥

বিশ্রামিয়া রহিলেন পথ জানু ভুলি
পশ্চিমের পথসেই কবুই গ্রাম চলি ॥
উত্তরের পথ খোবুম গংবক পাই।
দক্ষিনের পথসেই থাংজিং গিয়া যাই ॥ ৮ ॥

খম্ব কুলে করি খয় বিলাপ করয়ে।
কোথা মাতাপিতা দুই পুত্র না দেখয়ে ॥
পিতৃ মাতৃ হীন শিশু কীকাজ জীবন।
মাতা অজ্ঞালয়া আমি এখানে গমন ॥ ৯ ॥

আইস মাতা পুত্রলের জীবন না লাগে।
এতদুঃখ পাই আমি কারণ অভাগ্যে ॥
হাকা ব্রহ্মনাথ দেব নরের ঈশ্বর।
আমা দুহা প্রাণ রাখ দয়াতে অপার ॥ ১০ ॥

---

(৮) লম্বী অহুম কাংবহুবা চৎকম খঙ্গ্রহনা লম্বী ছাও-রহনা ফমহনা লৈরে। লম্বী অহুম অতুদি নোংচুপলোমদা চৎপা লম্বীনা কবুই খুন তাবনি। অরাং পাংনা চৎখিবা অহুন্না খোবুম তাবা লম্বীনি। মথা পাংনা চৎখ্রিবা লম্বীনা থাংজিং চীংজাউ চৎপনি।

(৯) পোক্লিবা মোপ্না খম্ববু থাহনা মতম্পাক্কা পয়গা চিংনা মেংহন্না কম্লকই ইচেগী ইবুঙো খম্ব ঐখোয় অনিগী লাইবক থীগ্রেদা। ইমা-ইপা অনিস্তু অমা ফাওবা লৈখিদ্রে, মচাবু হন্না মেংখিদ্রে। মমা মপা লৈত্রবা মচানা হিংহনা কৈদোননি ইমাগী য়াথং পুহনা লাকপনি ॥

(১০) লাকপিয়ো ইমা নচাবু লোবিরয়ো হিংহনা লৈবা পামজদ্রে অমুক বানা হিংবা ঙমজরোই থিগ্রেদা লাইবক অয়াবনিদা

ক্রন্দনের শব্দশুনি যত হিংসি গণ।
চৌদিগে বেড়িয়া গর্জ্জে নাহিক গনণ।
দেখি ব্যাঘ্র গর্জ্জনিয়া সর্ব্ব খেদাইল।
খম্বা খম্বু দুইজনে শুনিতে সিতল ॥ ১১ ॥

বালক বিলাপে সহি নারে রজনাথে।
আমিরহি বলি কৃপা করে বাল কেতে।
কৃপাবলে পড়িয়াছি সুষুপ্তি নিদ্রিত।
সেই ব্যাঘ্র যত্ন করি এমন রক্ষিত ॥ ১২ ॥

শুনি যোক শ্রতাগণ রজনাথ লীলা।
কবুই রাজা স্বপ্নেগিয়া কহিতে লাগিলা॥
উঠহ সলাং মাইবা শুন মোর বানি।
তোমা লাগি আনিদিল তঙ্কা আর মণি ॥ ১৩॥

---

হে থাংজিং কৌবা ইবুঙো মীগী অরা-অনা কোকপীগে হায়দুনা শ্রীমূর্ত্তি পান্দুনা ঙাল্লিবা ইবুঙো মনাইবু জীব কনবিয়ু ॥

(১১) মীকপ থোক্লেল তাবদা মীশা চাবা জীব কয়া চঙশিনখ্রকই, কোইনা খোংচি, ঙংচি অহূ উবদা থাংজিং লাইগী লাইশানা ঙংদুনা তানথাই, হৌদুনা চেন্নখি অদুগা লাইশা কৈজাও অদুগী মখোন তারগা খম্ব-খম্বু অনিদি থম্মোয় ঈংল্লে।

(১২) অঙাংনা কৌদুনা কপলকপদা থাংজিং লাইনা থাওবা ঙমত্রক্লনা হে খম্বু ইপা নৈনে হায়দুনা অঙাং অনিগী অরাবা কোক্লবা তুমহনল্লে চুম্না তুম্না নত্তে ( সুষুপ্তি ) অশিবগুম তুমল্লে। ল্যাইশা কৈজাও অদুনা ঙাকুনা লৈল্লে।

(১৩) তাবিযু শ্রোতা বৈবিক থাংজিং লাইগী লীলা অসোমদা কবুই সলাং মাইবগী মমতদা তাক্লকই হে কবুই সলাং হৌগৎল্লু

যতনে পালিয়া রাখ হেলা না করিহ।
আমি জান রঙ্গনাথ মোরপ্রাণ এহ॥
উঠি সনাং কেনথলি চৌদিগে দেখিল।
কোনজন নাহিদেখি শেষরাত্রি হৈল॥১৪॥

হৃদি কাম্পে নেত্রে জল দুঃখিত অন্তর।
মনেভাবে কিবালীলা শ্রীরঙ্গনাথের॥
আর সনাংমাইবী স্বপ্নে চাখে শ্রীপুরেস্ব।
তোর পুত্র পুত্রী লহ না কর বিলম্ব॥১৫॥

---

ঐ রা হায়গে তাও নঙগীদমক ঐনা তম্বা অমগা মণি অমগা পুবিয়কই লৌজহৌরো॥

(১৪) য়াম্না চেকশিন্না য়োকদবনি, থমগদবনি থৌশ-রাশা-দঙনা থরোই-রাওইদবা য়াদে হায়রিবা ঐ অসে মোইরাং থংজিংবি নঙোন্দা পিরিবা তম্বা মণি অনিসে ঐগী থরাইনি তাবদা সনাং মিকপ খংথোক থোক্লুনা কোইনা য়েংবদা কনাস্থু উদে লোংদি তাল্লমলে॥

(১৫) সনাং মাইবা থম্মোয় নিকই, মিত্তা পি তাই; রাথল রাই অনুগা অমুক থন্থে মোইরাং থাংজিংনা লীলা অমা শাক্লং গদৌরিব্রা। অময়োমদনা সনাং মাইবীগী মমতদা পুরেস্ব তাংখবৈম লাক্লুনা নচা অনিদি লৌশিল্লু হায়রুনা কপ্পা কপ্পা খুংকা খুংকা শিন্নরগা সনাং মাইবী তাংখবৈমা কপমিয়ে॥

ক্রন্দন করিয়া শিশু হাত্তাহতে ছিল।
সলাং মাইবী ভাষ্যরৈমা অনেক কান্দিল॥
চেতন পাইয়া উঠি নহি সম্বরন।
নেত্রের জলেতে ভিজে আপন বসন॥১৬॥
উঠি সলাং মাইবা স্থানে বার্ত্তাদিতে গেলা।
দেখি সলাং মাইবা কহে আসি ভাল হৈলা॥
আজস্বপ্নে মণিপাই শুভাশুভ দেখ।
দৈব বার্ত্তা কহ মোরে শুনিমনে সুখ॥১৭॥
হুইত্রি নাম যন্ত্রধরি খেনক দেখিল।
দৈববার্ত্তা পাইতবে হাসিয়া কহিল॥
শুন প্রভু মণিআর মুক্তাদুই পাব।
পুনঃকহে মোরস্বপ্নে ভাষ্য শ্রীপুরেম্ব॥১৮॥

---

(১৬) অহিং নোংশোইবা মচাবু খুৎকা খুৎকা শিন্নহুনা কপমিন্নরগা পুরেম্ব ভাষ্যরৈমা অনি হন্দুনা চৎখ্রে, সলাং মাইবী মীকপ খংথোক থোকই। মতদা কপ্পা অহু তাইব'দম্ব অহুম কপ-লমলে, পিনা মশাগী কি অহু চোৎলমলে।

(১৭) তঙুপ-তয়াং হোগত্তুনা মপুরোইবা সলাং মাইবদা পাউ ভমজগে লাকই, চীংশাং লাকপা নিংথৌনা সলাং মাইবী উবদা, তরাম্না কৌশিল্লি। নঙ লাকপা ফরেদা, ঙসি ঐগী মতদা মণি মুক্তা ফংঙম্মি, অফবরা-ফত্তবরা খেন চাং অমুক্তা য়েংঙু লাইগী পাউ তারগা পুক্লিং মুংঙাইগে॥

(১৮) মপুরোইবগী রা তাবদা সলাং মাইবী মাগী তৌগদবা অয়ুবী হৌনবী লোইরগা হুইত্রী কৌবা যন্ত্র শায়রহুনা খেন

দুই আসি পুছিলিল ক্রন্দন করিয়া।
শুনি সলাং কান্দি কহে স্মরি দুঃখহিয়া॥
তারপরে কবুই রাজা ডাকি ভৃত্য গণ।
তোমা সভা ক্ষেতে যাইতে যেবণ্ড পারেন॥১৯॥
অন্ন বাটি নামারিং পালং যতনে।
কোন বস্তু হয়ে যদি দেহ মোর স্থানে॥
যেআজ্ঞা বলিয়া সর্ব্বে ভাতাদি খাইল।
যারতার সাজনাস্তে আইল সকল॥২০॥

---

য়েংলকলে। ( থৈতৈনা মাবু হুইত্রী পাদম্বা কৌই ) লাইগী পাউ ফংলদুনা হয়াওনা নোক্নুনা হঙ্গৎলকই, তাবিয়ু ইবুঙো মঙ অদুগী ফলদি মণি অমসুং তন্ফা ফংঙু হায়রি। অদুগা ঙসি মনাই ঐগী মঙদা পুরেম্ব ঙাংখরৈমা লাক্নুনা।

(১৯) কপ্পা কপ্পা মচা অনি শিন্নরম্মি তাবদা চৌংশাং লাকপা নিংথৌনা হায়রকই, চৌংশাং লাকপী থম্মোয় কায়দা হায়দুনা কপই অদুগী তুংদা কবুই নিংথৌ মনাই ময়াম কৌশিল্লে ইচাশা মখোয়না লৌয়ান-থৌয়ান চৎপদা করি করিগুম্বা অতোপ্পা পোৎ ফংলবদি।

(২০) খুৎশু খুংলাইনা শোকহন-পলহনগন্নু, থরাই পানবা পোৎশক ওইরবস্থু যোতোন তৌনা পুরক্নুনা ইপাদা পীয়ু। বা অদু মচা মনাইশিং থৈবিক্না হয়াওনা য়ানখি। অদুদগী হাওয়াম অপূম্বা চাবা থকপা লোইরদুনা মাপী মাপী খুৎশু খুংলাই পায়রম্নুনা মখৌ শুবা লাক্লরে।

এথা খম্ব খম্বু দুই প্রাক না জানিল।
রবির কিরনে সুখে চেতন নহিল॥
সেইকালে বহুলোক দেখিবা সময়ে।
উচ্চগিরি হৈতেদেখে দুইজন শুয়ে॥২১॥
লোক সর্ব্ব মিলিকহে দেব কি মনুষ্য:।
সাথে বলে কুনহউ বেড় চারি পাস॥
বর্ষি খড়গ ধারি লোক আইল ঘেরিয়া।
দেখি ব্যাঘ্র ফিরি গেল বালক ছারিয়া॥২২॥
শাব্দশুনি দুইশিশু জাগিয়া উঠিল।
মনেভাবে জীবনের উপায় নহিল॥
অঙ্গকাম্পে আখিমুদি রোদনে রহিল।
সমিপে রহিয়া লোক বালকে দেখিল॥২৩॥

---

(২১) অসোয়দা খম্ব-খম্বু অনিদি, নোংঙানবা থংখিদ্রে, নুংশাগী মঙাম্না মশাদা কংলগা থোইনা থোইনা তুমখপ্রে। মতম অসিদা হাওয়াম্না য়েংলকপদা, অয়াংবা চীংদগী য়েংথরকপনিনা অঙাং অনিসি শেংনা উরে॥

(২২) মীয়াম্না লেগুনা য়েংলগা খরৈ – মীবু ওইব্রা লাইব্রা খন্নবদা, কয়ে কনা ওইরমখু কারসি হায়দুনা মায়কৈ ময়ি লাজোই চল্লে, কোইশিল্লে, থাঙ পায়বা, তা পায়বা মীয়াম্মি। অদু উবদা থাংজিং লাইগী লাইসা কৈদো ঐগী শরুক লোইরে হায়দুনা চৎল্লে॥

(২৩) মীয়ামগী ধ্বনি মীনিন তাবদা খম্ব-খম্বু মিকপ থোক্লে হোৗগত্নুনা য়েংতি, মীয়াম্না তৌরকইবা অদু উবদা হিংগনি

অস্ত্র নাবাবিহ থলি ধরিয়া বান্ধিল।
লতাতে বান্ধিতে অঙ্গ জড়িতে নারিল॥
বৃক্ষকাটি দোলসাজি গ্রামেতে আইল।
হোই শব্দে ভূমি কম্পে মহা কোলাহল॥২৪॥

রাজার প্রাঙ্গনে থৈল সুখ মন হয়া।
রাজাকহে পুত্রগণ কিবা বস্তু লয়া॥
ব্যাঘ্র কিবা মৃগি এর্শা তত গণ্ড গোল।
লোককহে পশুনহি মনুষ যুগল॥২৫॥

---

নিংখিত্রে। মশা নিকত্রে, মীৎ পাংবা শুমত্রদুনা উইশিনত্রে। মীয়াম্না তকশিন্নতুনা অঙাংগী নাক্তা কোইরগা য়েংখি॥

(২৪) খুৎলাই থাগদু, কারো হাযদুনা কারে, পুল্লো হায়দুনা উরি থাংজ্বরদুনা পুল্লে। চুম্না পুনবা নত্তে হাইব'-হুন্ধা লেংবা খোৎপা য়াদনা পুল্লি। অহুদগী উ য়ান্দুনা দোলাই শারগা অঙাং অনি হাপ্লগা হোই লাওদুনা পুরকই। হোই লাওবা খোঙ্জেল্লা লৈপাক নিকই॥

(২৫) অহুম লাকপনা চীংশাং লাকপা নিংথৌরী শুমাংদা হরাওনা থারয়ে। নিংথৌনা ইচাশা করি পোৎনো, কৈরা, শজিরা, খরশারা, শংঙাইরা অহুক য়াম্না হরাওনা নিনবরু। মীয়াম্না নিংথৌয়েন শা নত্তে মী অনিনি॥

ভালহৈল আমিবৈলে লুখাতে রাখিব।
পশুহৈতে নরশ্রেষ্ঠ আমি সুখ পাব॥
ক্ষটিকায় নাকরিব খাৱে পিয়ে রহ।
যুবাযুবী সঙ্গেকরি নর্ত্তক গায়িহ॥২৬॥

রাজা অজ্ঞা পাই লোক নর্ত্তন করিছে।
শব্দশুনি সলাং মাইবী ভৃত্তকে ডাকিছে।
কোথা আছে পাইবস্তু দেখাহ আমারে।
ভৃত্যকহে এইদেখ নারীসে তোমারে॥২৭॥

লতারে বান্ধিয়া শিশু রহে অনাথিনী।
দুঃনয়ানে প্রেমধারা চকিত চাহনী॥
ভাবেতে বান্ধিয়া জীব উপায় না দেখি।
তাপিত অন্তরে জ্বলি প্রেমবহে আঁখি॥২৮॥

---

(২৬) নিংথৌনা করেদা ইচাশা ইপানা শিরগা লুখা থানগে শানা থাববুদি মীনা থাবনা রাখা হেল্লি অদুগা ৬সিদি লৌয়ান-পাময়াম্নচিংবা চৎলগনু, চাহনা থক্কুনা, লৈশা পাখং থিল্লগা জগোইশা ইশৈ শক্কুনা লৈরুরো॥

(২৭) নিংথৌ রাথং ক'বদা লাউ খোংহূনা চোং ফন্দুনা নিনগ্রে তাবদা চীংশাং লাকপীনা মনাই কৌশিন্দুনা হংজি। ইচাশা নখোয়না কাররপা পোৎ অদু কদায়দা লৈবগে ইমাদা উহল্লু। মনাইশিংনা অসিদা লৈরে য়েংঙু, নুপী অ'স ইমাগীনি।

(২৮) তাবদা সলাং মাইবীনা য়েংবদ উরিনা ক্রক ক্রক পুল্লগা কনা লৈজরবী লাইবক থীবী ওইহূনা মমিত্তা পিশী ঈয়া

শিরে হাতলিরা কান্দি মলাং মাইবী কহে।
এদশা দেখিয়া কেবা প্রাণ ধরিবহে॥
নেত্রজল ঝর ঝরে ঘন শ্বাস বহে।
কারপুত্র কারনাতি এমি দশা ভহে॥২৯॥

শুন পুত্রগণ এথা সকল না রহ।
খেদাবি বালকে কহে প্রাণ পুত্রী কহ॥
কিলাগী এমনদশা কহি য় যাতারে।
উত্তর নাকরে শিশু নেত্র জল ঝরে॥৩০॥

---

চেল্লগা ভথক ভথক য়েংহুনা লৈ, প্রমান্দি লাংদা থুরবা জীবনা উপাই লৈখিত্রহুনা থম্মোই চাকুনা লৈরিবহ্ উবদা।

(২৯) চৌংশাং লাকপী মকোক্তা মখুং হাপ্লগা কপ্তুনা হায়রকই—হাই হাই কনাগী মচানো কনাগী মশুনো ওইরিবা অসিবু। অসি হায়হুনা ঞান ভাইহাক মাঙ্রগা কপ্তুনা হায়রকই অসিরনে মীওইবগী মপোক অসিবু উবদা কনাগী জীবনা থরাই পুবা ঙমগদগে হায়হুনা মশা নিক্রা কপম্রে।

(৩০) অদুগী মতু'দা সলাং মাইবীনা ইচাশা নখোয় হন্দোকম্লো হায়হুনা মীয়াম অপুশা তানথোকম্রে অদুগা অঙাং য়েংহুনা হায়রকই। ইমাগী ইবেম্মা দুংশিরবী কহিগীদমক অম্মুক রাবা দশা তাবনো ইমাদা হায়মু খমু হায়রিবা অদু তাবদি ভাই খুত্বা ঙমদে মশিঙি মতুম মতুম তাই।

মাইবী কহে দেবম'ম্বা নহুব মনুষঃ।
যথার্থ কহিয় পুত্রী মোর শঙ্কা নাশ॥
তোমাদেখি পুত্রস্নেহ আমাকে উদিত।
প্রেমবহে অঙ্গকাম্পে হৃদয়ে তাপিত॥৩১॥

মনুষ হইলে প্রাণ রাখিব এখনে।
আমা না রক্ষিলে পুত্রী নহিব জীবনে॥
তবে খম্নু জ্ঞান আসি মাতাকে কহিল।
বন্ধন ছারগ মাতা জ্ঞান হারাইল॥৩২॥

কথায় আলাপ নহি স্বর বন্ধ হৈল।
শুনি ভৃত্যগণ ডাকি ছারহ কহিল॥
ভৃত্যকহে পালাইলে রাখিব কেমনে।
রাণীকহে না পালাব নাহি ভয় মনে॥৩৩॥

---

(৩১) সলাং মাইবীনা নঙবু মীগী মরোল খোঙবা লাইরা নত্রগা মীয়া ইমাবু ওক্লে অশেংবা খুম্নু। নঙ উরগা ইচামক্রুম নুংশিবা পোকই। মিতগী পি তাই, হকচাং নিকই থম্মোয় চাকই, ঐসে লৈকম চাকম খঙদে॥

(৩২) মী ওইরবদি পাউ শেংনা খুম্নু নঙগী থরায় কনগে ইমানা কন্দ্রবদি শোয়দনা শিরগনি। রাঙাং তারবদা খম্নু জ্ঞান তারহুনা কপ্পা কপ্পা হায়জরকই। পলেম অশোকপী নচাগী পুন্নিবা অসি থাদোকপিখো নচা জ্ঞান মাংঙি॥

(৩৩) রা ঙাংবদি থঙ্গীখো স্বর যোনবা কাওবা রায়ে অহ তাবদা চীংশাং লাকপী মহারাণীনা মনাই কৌহুনা থাদোকউ

শুনি বাক্য হারিগেলে উঠিয়া বসিল।
তবে খম্ব বাবলিয়া রোদন করিল॥
খম্বু উঠি কুলেকরি খম্ব সান্ত্বাইল।
শিশুর ক্রন্দন শুনি সকল কান্দিল॥৩৪॥

নরনারী যুবাকান্দে শির হাত দিয়ে।
এমন অসুখ জন্ম দুর্লভ কহিয়ে॥
কবিকহে শ্রুতাগণ মাতা পুত্র কথা।
সংলাপ ছন্দেতে লিখি কবিগণ গাথা॥৩৫॥

---

হায়দুনা খোৌদাই। মনাইশিংনা হক্তংলি ইমা চেনগ্রবদি কমদোনি সলাং মাইবীনা ইচাশা চেল্লরোই কিন্নবগনু॥

(৩৪) অদু তাবদা মনাইশিং অদুনা চংলক্লুনা পুল্লিবা অদু থাদোক্লে। খম্ব-খম্বু অনিসে হৌগত্তুনা ফম্মি। ওসাইমখৈ পংথদুনা লৈরগা খম্বদো ইমা কৌদুনা কপখ্রে। মচে খম্বুনা মৌপা খম্ববু কোন্দুনা থেক্নি, মচিন-মৌপা কপমিন্নৈ অদু তাবা উবদা মীয়াম পুম্বা কপখ্রে॥

(৩৫) অদুবু উবিবা তাব্রিবা নুপা নুপী অতাং অহল পুম্নমক মকোক্তা খুৎ থাক্তত্তুনা কপখ্রে অসুক বাবা মপোক অসিবু ফংতমদে হায়নরি। লাইরিক লেংজবা কবিনা হায়জৈ মমাগা মচাগা উনদুনা বা তাংনবা অসিদি সংলাপ ছন্দদা লেংজগে কবি কয়ানস্থু লেংনরি।

( মাতা পুত্র সংলাপ )

মাতাকহে শান্তকর শুন প্রাণ পুত্রী।
কিবানাম তোমাদোহা কহ কুল জাতি ॥
ক্ষেত্রি কুলে জন্মদুই সদর আমার।
খোম্বনাম খম্ব কহি খম্বনাম যার ॥৩৬॥

কোথাহৈতে আসিয়াছে এথা কিবা কাজ।
মনে শঙ্কা নাকরিহ লজ্জা ভয় ত্যজ ॥
মহিরঙ্গে হৈতে আসি মাতা অজ্ঞা হয়া।
উপায় নাদেখি প্রাণ রক্ষার লাগিয়া ॥৩৭॥

---

(৩৬) সংলাপ হায়রবা শৈরেং অসিদি হংজিবা অহৌদা খুম্বা মথা তানা হায়দবা অসিবু সংলাপ কৌই। মলাং মাইবী মমানা হায়, ইমোম ইবেম্মা নমিং করি করি কৌই, করম্বা জাতিনো। খম্বনা খুম্বি ঐখোয় ( ক্ষেত্রিনি ) মৈতৈনি। ঐগী পোকপিরবা ইপ্বানি মানা খম্ব কৌই। ঐনা মচেনি, ইমিং খম্ব কৌজৈ।

(৩৭) চৌংথাং লাকপী মমানা অমুক কদায়দগী লাকপনো অদুগা কদায়দা কৈদৌবা চৎলিবনো, করি করি পাম্বদুনা চৎপনো? ইকাইবা থাদোক্কুনা ইমাদা হায়বু। খম্বনা খুম্বকই, কেগে মোইরাং নৈপাকপীনি, ইমাগী য়াথং ইন্দুনা লাকপনি। জীব হিংনবগীদমক্তনি ॥

মাতাপিতা রহিকিবা নারহি মরন।
কিবালাগী এতদুঃখ তোমা দুইজন॥
পিতৃমাতৃ হীনশিশু জীবনে কিকাজে।
তথাও জীবন লাগী আসি লজ্যা ত্যজে॥ ৩৮॥

মাতা পিতা নাম কহ জানিবা নাজানি।
নামশুনি জানি হৈলে পালিব আপনি॥
কথাশুনি নাকহিল ক্রন্দনেতে রহি।
কণ্ঠরুদ্ধ করিরহে প্রেম ধারা বহি॥ ৩৯॥

---

(৩৮) শলাং মাইবীনা অমুক হংহি ইবেম্মা ইমা ইপা লৈরিবরা, কোরৌ নোঙ্গাগ্রত্রা শিখরবরা। করিগীদমক অশুক রাবা দশা তাবনো নচিন-নৌপ্‌া অনিমা॥ খম্বা খুমহে পলেম্ন-পম্মৌ লৈত্রে শিগ্রে। মমা-মপা লৈজত্রবা মচানি হিংবদা কায়ত্রবনি অদুবু হেক শিবদি য়াদবনিনা ইকাইবা হকিবা থাদোক্তুনা জীবতদি হিংনবা লাকচবনি॥

(৩৯) শলাং মাইবীনা ইম্মোম ইবেম্মা লৈত্রিবা ইমা ইপাগী মমিং হায়রু। ইমানা শক খঙনবা ওইরমগত্রা ইমানা খঙনবা ওইরম্নবদি ইচামক্‌ন্না য়োকে, অদু তাবদা খম্বা খুমা ওমখিত্রে, মিত্তা পিনা খনশ্রে। প্রেমনা খবাক ফুনখিবনা রা তাওবা থোকখিত্রে॥

কুলেকরি শান্তাইয়া কহেন বচন।
লজ্যাভয় নাকরিহ মাতা সম জ্ঞান ॥
তোমাদুহা দরশনে দগধে পরান।
কারপুত্র কারনাতি তোমা দুই জন ॥ ৪০ ॥

॥ শিশুরবিলাপবচন ॥

শুন মাতা আমাদুহা দুখের কথনে।
এইখম্ব জাত হৈতে মৃত্যু সাত দিনে ॥
পিতামৃত্যে পালয়িতা দুঃখিত জননী।
একদিনে মোরমাতা কান্দি কহে বানি ॥ ৪১ ॥

---

(৪০) খম্বু মতৌ উবদা চৌংশাং লাকপী মমানা মচা খম্বুবু কোল্লগা কপ্পুনা হায়মকই, ইমোম ইবেম্মা ইমাবু কিগন্নু। ইকাইগন্নু পোক্লবা ইমামক্তি নিংঙু। নচিন-নৌপা উবদা ইমাগী থম্মোয় কায়ব্রে। কনানা পোকপনো কনাগী মচানো শেংনা খুম্মু ইমাদা ॥

(৪১) মথা অসিদা অরাববু কোঙদোকচবা বিলাপ শৈরেং লেংঙরি। খম্বুনা কপ্পুনা হঙংচরকই তাবিয়ু ইমা, ঐগী ইপা খম্বা অসিনা পোকপা নুমিৎ ৭ নি শুবদা (পদ্থো) ইপাবু নোঙাব্রে, শিব্রে অহুগী ভুংদা লাইবক থীবী ইমানা যোক্কুনা লৈরক্রে। নোংমা ইমানা ঐতোন্দা কপ্পুনা তাক্লকই।

মাতৃর সবন্ধ আর পিতৃর সবন্ধি।
কুনজন নাহি দেখি নেত্র পথ আন্ধি॥
এমহি রঙ্গেতে পুত্রী স্থান নাহি পাবে।
খম্বা থম্ব্ দুইজনে জীবন না হবে॥ ৪২ ॥

ভর্জ্জনি করিয়া কহে দেখ প্রাণ প্যারী।
থাংজিং গিরি আগে কৌব্রু গিরির পুছরি॥
চৌংহাও পুষ্প প্রফুলিছে বৃক্ষাদিক গণ॥
ইহা একগ্রম রহি গ্রামের রাজন॥ ৪৩॥

---

(৪২) ইমাগী ইবেম্মা থম্ব্ কেগে মোইরাং অসিদা নপাগী মরি থীরকপা। নমাগী মরি থীরকপদা নখোয়গী হিংনফম চঙনফম লৈতে, ইপানা উদে। অদুনা কেগে মোইরাং অসিদা চঙনফম হৈনফম লৈরোই। থম্ব-থম্ব্ নখোয় অনিনা হিংবা ঙমোই।

(৪৩) নখোয়গী হিংফম অদুকে হায়দুনা শুমাংদা লেপ্লগা খুজোক্কী থিন্দুনা হায়রকই, য়েংউ, থম্ব্, থাংজিং চীংগী চীংশাং, কৌব্রু চীংগী, চীংয়ৈ, চৌংহাও, কোবী লৈনা লোনা, শাংখিবা উ কয়ানা পবেং হৌখিবা, লমসিদা থুন অমা লৈবনি। খুন অদুগী নিংথৌ॥

পিতানাম কবুই শলাং মাইবা নাম।
মাতানাম সলাংমাইবী গুণ অনুপম॥
দুইজন মাতাপিতা তোমা দোহাকারে।
লজ্জ্যাভয় ন করিহ রহ তার ঘরে॥ ৪৪॥

এহিকথা কহিমাতা জীবন তেজিল।
মাতা অজ্ঞা লঞ্জি আসি পথ ভুলিগেল॥
তবভৃত্য বান্ধিকরি এখানে আনয়ে।
নিশ্চয় জানিলু মুঞি মরন সময়ে॥ ৪৫॥

সলাংমাত' সলাংপিতা দুইজনে পায়া
চরণ ধরিয়া মৃত্যু বদন দেখিয়া॥
জনক জননী দুহা দেখাই নায়নে।
মাতার চরণ ধরি কাহিল বচনে॥ ৪৬॥

---

(৪৪) ওইরিবা ইপাদুগী মমিংনা কবুই শলাং মাইবা কৌই। ইমাগী মমিংনা সলাং মাইবী কৌই। মীয়োক-মীচান কবীনি, নখোয় অনিগী ইমা ইপানি। থম থমু, ইকায়গনু, কিরুগনু, হঙ্গোয়নু, নখোয় অনিগী য়ুমদা লৈয়ু তাকপিরম্মী॥

(৪৫) অদুগী তুং'দা মতম থর লৈরগা অশোকপা ইমাদো ঐখোয়বু থাদোক্লুনা চৎত্রে শিত্রে। ইমাগী য়াথং মতুং ইমা ঙাকপদা লম্বী তাওদুনা লৈরিবৈদো নচা-ননাইশিংনা কাহুনা পুরক-ইবা অসিনি শোয়দনা, শিগদবা লৈরে, শিরমদাই অসিদা।

(৪৬) সলাং মাইবী ইমাগী মশক, সলাং মাইবা ইপাগী মশক অমুক্তা উহল্লু। অসি হায়রগা সলাং মাইবী মমাগী খোঙ

পিতানাম শ্রীপুরেশ্ব মাতা ভাগ্যবৈমা।
দোহাকার পুত্রঃ পুত্রী খম্ব, খম্ব নাম ॥
এতকহি কান্দি রহে বচন নাকহে।
দেখি শুনি লোক বৃন্দ পরান পাসহে ॥৪৭॥

শুনি কহে প্রান পুত্রী দেখহ মাতারে।
তবমাতা ভাগ্যবৈমা স্বপ্নেদিল তোরে ॥
তোরমাতা সনাংমাইবী আমিঞি জানহে।
এহিবলি দোহাকুলে পুনঃ পুনঃ চাহে ॥৪৮॥

---

কোল্লহনা কপ্লগা হায় ইমাগা পাবুংগা অনিগী শক য়েংজরগা শিজগে ইমানা দুংশিবিহনা অমুক্তা উহনবীয়ু ॥

(৪৭) অসি হায়রগা কপ্প কপ্পা হাররকই, ইপাগী মমিংনা পুরেশ্ব কৌই ইমাগী মমিংনা ভাগ্যবৈমা কৌই, অনিনা পোকপা খম্ব খম্ব, অনিনি, অসি হায়রগা কপ্তুনা লৈরে। অতাং আনগী মাতাং তাবা মতৌ উবদা অউবা মী খুদিংমক কপ্লরে ॥

(৪৮) অতাং অনি য়েংলগা সনাং মাইবী মমানা হায়রকই ইমাগী ইবেম্মা খম্বু ইমাবু য়েংঙু ভসি অহিং মতদা নমা ইতা ভাগ্যবৈমনা নচিন-নৌপ্নাবু শিন্নরম্মি। সনাং মাইবী হায়বদো ইমানি হায়রগা খম্ব-খম্ব, অনিবু কোল্লগা কপই, চিংনা চিংনা য়েংডি ॥

আমা পুত্র পুত্রী পই বলিয়া নাচই।
রঙ্গনাথে আনিদিলা তোমায় দোহাই।
জনম সাফৈল আমি পুত্রমুখ পাই।
ইহাবলি দোহাকারে চুম্বন করই ॥৪৯॥

চিন্তা নাকরিহ পুত্রী দোহা মাতা আমি।
দুঃখ দশা নারহিবে শান্ত কর তুমি॥
নয়নের জল সব মুছিত করয়ে।
ধুলা মাখি লালয়িতা দোহারে শাপয়ে ॥৫০॥

খম্ব স্কন্ধে খম্নু হাতে ধরিয়া গমন।
আইস পুত্রী তোমা পিতা বন্ধিহ চরন॥
সলাংরাজা স্থানে প্রাণ নাথ শুন।
এহিসে বালক দেখ কাহার নন্দন ॥৫১॥

---

(৪৯) ইমাগী লাইবক ফবনা ইচা অনিবু কংজরে অসি হায়রগা মচা অনি পমহনা জগোই শাই খোইরাং থাংজিং কোইরেন লাইনা ইচা অনিবু পীনরবনি পোকপগী মহৈ ঙসিদা মাল্লি অসি হায়হনা হম্না হম্না চুপই॥

(৫০) করি অমত্তা রারুরগনু ইবেম্মা। নখোয় অনিবু পোকপী নমাদি ঐহাকনিনা। হৌজিক ইমাগী নাক্ত খোরে নবুক ইংনা মুত্তাইনা লৈরো, অরাবা রাখল থাদোক্লো অসি হায়হনা মশাগী উফুল তৈথোকপিহনা থাম্মি।

(৫১) অহুদগী খম্ব পোরগা খম্নু খুজেং পায়হনা লাও ইবেম্মা নপাবুং খুরম্মুসি হায়হনা পুররক্লে। চৌংশাং লাকপা

বালিকা বদন দেখ কাহ্যকে স্মরন।
নাথবলি সলাং নৃপ অগ্রেতে উড়ান॥
দেখিমাত্র প্রেমবহে স্মরন নহিল।
লোমাঞ্চ শরির কহে প্রান পৃয়েবল॥৫২॥

কাহার নন্দন শিশু এই দুহাকার।
রাণী কহে মাতাপিতা শুন নাম তার॥
তাম্বৈমা শ্রীপুরেম্বা দুহার নন্দন।
স্বুনি সলাং কুলেকরি বলিল বচন॥৫৩॥

শুনহ পুরেম্বত্ত মিত্র আমি নাগা হই।
তোমা পুত্র নাহি দেখি স্মরন নাহই॥
মোর সম পাপি নাহি সংসার মাঝারে।
দোষ নাকরিহ মিত্র পালিব পুত্রেরে॥৫৪॥

---

নিংথৌগী মাংদা লেপ্লগা হায়রকই, প্রাণ নাথ ইবুঙো ঐনা পুরকইবা অঙাং অনি অসি কনাগী মচা মানবগে য়েংবিয়ু॥

(৫২) মুপীমচা অসিনা কনা মাল্লি নিংশিংডু। তাবদা নিংথৌবা চৌংশাং লাকপী থম্মু য়েংগে অদু তাবদা য়েংডু, হায়দুনা থম্বে মুমা য়েংঙি খঙহৌদনা পি তারকই, তু চুংঙি মশা নিকই অদুগা নিংশিংবা থোক্লদুনা ওক্লুনা হায়॥

(৫৩) চৌংশাং লাকপা ঐবু মান্দি মাল্লি অদুবু হায়বদি ঙমত্রে কনাগী মচানো শেংনা হায়য়ু। সলাং মাইবীনা তাবিয়ু ইবুঙো অঙাং অসিবু পোকপদি পুরেম্ব তাম্বৈমনা পোকপনি অনিবু কাউরব্রা? তাবদা মচা খম্মবু কোল্লগা কপলকই॥

(৫৪) অদুগা নোংদোন খঙা য়েংলগা কৌরকই, ইভাও

এহিবলি রাখিলেন পালি পুত্র সম।
দিনেদিনে অতি বৃদ্ধি শুক্লা চন্দ্র সম॥
খগি বর্ষি মুক্রা কাংজৈ, ধনু, বিদ্যা গণ।
সর্ব্ব বিদ্যা শিক্ষাকরি উত্তম হইল॥৫৫॥

মল্লবিদ্যা বাহু যুদ্ধ দৌরিয়া ঝম্পণ।
এইমতে ঘোড়য়া বধা করিল গমণ॥
রঙ্গনাথ লীলাগুণ কেণারে বর্ণিবে।
প্রভু পাদ পদ্মে ভজে সর্ব্ব দুঃখ যাবে॥৫৬॥

---

ইবুঙো পুরেম্বা, ঐনা চীংমী ওইবনা নচা শিন্নরম্মি কাউদ্রে। নিংশিংখিদ্রে, থিরুখিদ্রে, ঐগী মাম্নবা পাপ চেনবা অমা লৈত্তে নং বারোম্নু হৌজিক্তি নচা ঐনা মোক্লগনি॥

(৫৫) অসি হায়দুনা মচা অনি লৌশিনগ্রে অপোকপা মচাশুম থমগ্রে। নোংম-নোংমগী পানখৎলকপা থানা তৌব-শুম চাউবা হেল্লে কজরকলে। মহে তমলকই। থাঙ, তা, মুক্রা-কাংজৈ, লিরুং-তেন, মল, পাখোম মুকবা চেঞ্জোং, মাংজোং লমজেল্লচিংবা অমা রাস্তনা হৈরে॥

(৫৬) মল থেংনৈ মানা হেল্লি, পাখোম মুকনৈ চেঞ্জোং, মাংজোং পুম্নমক্তা মপা লৈত্রে, মানা হেল্লে। অম্নমা লৈরকপনা চহি (১৬) তারাগা তরুক শুরে। তাবিম্নু শুক্লা খৈবিক, মোইরাং থাংজিং কোইরেন লাই মাগী লীলা শাম্নবা মগুণবু থগুবা ভজোহি, ইবুঙো মাবু খুরুমজবদা অরাবা কোকই॥

ধন পুত্র পৌত্র বৃদ্ধি বৈভবাদি যত।
যারযেই বাঞ্ছা দিল গুণ অদভুত ॥
দোষগুণ না লইবে বৈষ্ণব সুজন।
দীনহীন মজিসিংহ রচিত পুরাণ ॥৫৭॥
( ইতি ষষ্টো সীমা )

---

(৫৭) মচা, মস্ত, মরন, কম অনিবা পুম্নমক পিরম ইবুঙোনি। মাগী গুণ লেংঙবা অসিদা অরানবা পুম্নমক ঙাকপিয়ু: তোঙ্গংঙারবা মজি সিংহনা পুরাণ অসি লেংলৈ ॥

( মতাং অসিদা তরুকশুবা অধ্যায় লোইজরে )

---

## সপ্তম সীমারম্ভ

কলির পরম গুরু গৌর নিত্যাই নম।
বিষ্ণুমূর্ত্তি রঙ্গনাথ চরনে প্রনাম ॥
অগাধ সমুদ্র যেন রঙ্গনাথ লীলা।
যথা শক্তি পারি লিখি সর্ববগুণ মালা ॥১॥

---

( তরেৎশুবা অধ্যায় )

(১) কলি কৌবা যুগ অসিগী অথোইবা গুরু শ্রীগৌরাঙ্গ প্রভু শ্রীনিত্যানন্দ প্রভুবু খুরুমজরি। অমগে মোইরাং লৈপাক্তা শ্রীমহাবিষ্ণুগী মূর্ত্তি ওইদুনা ঙাক্লিবা থাংজিং লাইবু খুরুমজরি। থাংজিং লাইগী লীলাসিদি সমুদ্রগুমনি অদুবা খরদং লেংজরি ॥

ব্রজলীলা আরম্ভের মনেতে ভাবেন।
খোংলেন আর চাওবা শ্রীখম্ব নোংবান ॥
থোইবী খম্বু, ছুরজন প্রধান লীলার।
এইলাগী খম্ব খম্বু, ভাবে ডাকিবার ॥২॥

একদিন সমবয়ে খেলাদি করিতে।
ক্রোধহয়া কটুবাক্য কহিল খম্বেতে ॥
নিচেতে জন্ম তুমি এথা কেনে উচ্চে।
এমন করিলে তুমি চৌরই না বাঁচে ॥৩॥

পিতৃ মাতৃ হীন শিশু পিছে কেবা রহে।
অত তায় নাহি দেখি রক্ষিবেক কাহে ॥
শুনি খম্ব নম্র হৈয়া শুনিতে নাপাই।
ভগিণীতে জিজ্ঞাসেন কারন ইহাই ॥৪॥

---

(২) থাংজিংনা মোইরাং লীলা শাম্নরগে নিংলক্লে। শাম্নগদৌরিবা পোংশক্তি, খোংলেম্নে, চাওবনে, খম্বনে, নোংবান্নে, থোইবীনে, খম্বুনে, মখোয় তরুক অসিনি অহুনা খম্বগা, খম্বুগা, মোইরাংদা পুথরগে, লীলা হৌরগে থাংজিং লাইনা নিংহুনা মরম শিল্লকলে ॥

(৩) নোংমদি কবুই পাখং মমান্নবগা শান্নবদা খম্বনা লাকচনা থীনা তৌরুরে অদুদা শাতিচুনা খম্বদা রান্না থীনা হায়রকই, হায় খম্বা তম্পাক মচা নঙনা ঐখোয় চৌং মচাদা উশিংতবা তৌরবদি নঙসে পুম্লিরোই খঙজো ॥

(৪) নমান্থ লৈতবা, নপান্থ অরায়বা নঙগীদমক থরাই য়োম্বোক্নুনা নথরাই কনীনিঙাই লৈতবা নহাক্না অসিদা করি

দিদীকহে মাতাপিতা এই দুই জন।
সেদিন রহিয়া পরে পুনঃ জিজ্ঞাসেন ॥
গর্ভের জননী এই কহিল নিশ্চয়েতে।
কথাগুলি খম্বনেত্রে বারি যে বহয়ে ॥৫॥

সেইদিনে রহিলেন নিচুপে রহিল।
পরদিনে কান্দি কহে প্রসঙ্গ সকল ॥
শুনি খম্ব না সহিয়া পড়িল ভুমিতে।
পুনঃ উঠি পাদধরি রহি ক্রন্দনেতে ॥৬॥

---

য়েংহুনা চাউরি, অহুম তৌরবদি নঙ পুন্সিরোই। রাঙাং অহু তাবদা খম্বনা রাখল লাম্ব কংদ্রহুনা মচে খম্বদা হংঙি ॥

(৫) ইচে ইবেম্মা নৌপাবু তম্পাক মচানি হায়বা অসিবু মৈতৈ তম্পাক মচারনে, খম্বনা খুম্মি, ইবুঙো লৈরিবা অনিসে ইমাগা পাবুংগনিগ সুমিৎ অহুমা তোক্লে। নোংঙাল্লগা অমুক হংঙি। ইচে ইবেম্মা লৈরিবা ইমা অসিগী গর্ভগী মচামকলা? তাবদা খম্ব খুমখিদ্রে কপ্পনা লৈদ্রে ॥

(৬) খম্ব সুমিৎ অহুমা কপ্পনা লৈদ্রে, অহুদগী নোংঙাল্লগা খংবু অচিকপদা কৌশিল্লগা, মাবু পোকপা ৭ নি শুবদা পুরেখ শিবা, থা ৩ শুবদা ভাগ্যরৈমা মমা শিবা, উপাই লৈতহুনা কেগে মোইরাং লৈপাক্কী কবুইদা লাক্নুনা লৈরবা, রারী কপ্পনা লিরে, তাবদা রাম্বহুনা তাই, হৌগত্তুনা মচেগী থোঙ কোন্থুনা কপই ॥

দুইজনে কণ্ঠস্বরে কথা, লাপ রহে।
পরদিনে দিব্য স্থানে পুনঃ কথা কহে।
পূর্বাপর সবকথা খম্ব জানিলেন।
সুখহয়ী রহিয়াছে নাহিক বচন ॥৭॥

তারপরে খম্বু স্থানে পুছি জন্ম স্থান।
অঙ্গুলি পাতিয়া কহে শুন যাহা এবে॥
ওইদেখ ছত্রধ্বজ বেষ্টিত মন্দির।
শ্রীরঙ্গনাথের সেই স্থান মনুহর ॥৮॥

মন্দির উত্তরে দেখ রাজার ভুবন।
ইহারহি গুরগণ প্রজার পালন॥
রঙ্গনাথের পশ্চিমে এক গৃহ রহে।
তুমা আমা জন্মস্থান পয়ার নাসহে ॥৯॥

---

(৭) খম্ব খম্বু অনিমক কপমিয়রুনা লৈরে রা তাবো থোক্লখিদ্রে প্রেম্না ফুংব্রে, পালেম পাঙ্গো কৌদুনা কপই। অদুগী নোংঙানবদা খম্বনা মচেম খম্বুদা কবুই সলাং মাইবা মাইবী অনিগী বারম হংতি, খম্বুনা পুরেম্বনা শিরমলাইদা মচা অনি শিম্বরম্বা, মমা তাবৈমনা শুমাংদা লেপ্লুনা খুদোম্বী থিন্নুনা তাক্লম্বা রারী লী। তাবদা কপমিমৈ অরাব তোক্নুনা পুংতাইমিমৈ॥

(৮) অদুগী তুং নোংঙাবদা মচেনা পোক্লকম হংতি মচেনা খম্বা পুন্নুনা লাক্লগা খুদোম্বী থিন্নুনা তাকই। ফিরাম্বা সত্র কয়ানা কোয়না ম্পুংহুনা লৈরিবা মন্দির লাইশং অসে ইবুধৌ থাংজিং লাইগী লাইশংনি॥

(৯) থাংজিং লাইগী অক্লাং খংবদা লুনা লংনা লৈরিবা

দুইজন দেখা দেখি বিলাপ করিয়া।
এইমতে কাল কর্ত্ত রহি দুঃখি হিয়া ॥
খম্বের হৃদয়ে থাংজিং মন আকর্ষিল।
রহিতে না পারি খম্ব মন ভল মল ॥১০॥

শুন দিদী বলিহৈল যাইব ভুবন।
খম্ব কহে কিধর্ম্ম নাশুদ্ধি পিতৃ ঋণ ॥
মাতা পিতা কৃপাবিনা কে আছে সংসার।
খম্বকহে আমিজানি সর্ব্ব তত্ত্ব সার ॥১১॥

---

অসিনা কেগে মোইরাংগী নিংথৌরেন চিংখু তেনহৈবগী সনা কোম্নুংনি। অসিদা কেগে মোইরাংগী অথৌবা তিন্দুনা প্রজা ভাকই। লাইশংগী নোংচুপ্তা য়ুমদোমপোক লৈরিবা অসে মঙগী ঐগী পোক্লকখি খনবদা খম্বোয় কায় ॥

(১০) অস্তুম্না কেগে মোইরাং য়েংহুনা মুমিৎ কয়ামি লৈরকলে। অসোমদা থাংজিং লাইনা শাম্নগদবা লীলাগী মতম মৌরক্লহনা খম্বগী থম্মোয়দা চিংলকপদা খম্বনা কেগে মোইরাং লৈবাক্তা চৎনীংবমা লৈব ওম্মক্লহনা ॥

(১১) নোংমা মচে খম্বদা হঙ্গংলি তাবিয়ু ইচে নোপ্ত্রা পাঙ্গল চাউবে মোইরাং লৈবাক্তা কুম্লসি। মচেমা ইবুঙো খম্ব য়োকপীবা গুরুগী লমন্দি শিংদনা চৎলবদি ধর্ম্ম কায়। মমা মপাগী থৌজান নত্তনা, সংসার অসিদা করি অকবা লৈবগে, খম্বনা ইচে পুরম্বক নোপ্ত্রাম্নু খঙৈদ তাকপীবা ঋণৈদ ॥

যাবত্ জীবন রহে সুদ্ধি শুক ঋণ।
খন্ন কহে তবইচ্ছা নাজানি কারন॥
একদিনে খম্ব সলাং রাজারে বন্দিল।
শুনপিতা কৃপাহৈতে জ্ঞানবান হৈল॥১২॥

পিত্রালয়ে যাই আমি মঙ্গল হইবে।
গুরু আজ্ঞা বিনা যাই অমঙ্গল পাবে॥
খম্বের মানস জানি হাসিয়া শুণিল।
কত্তেক প্রতাপ হৈল দেখি তারবল॥১৩॥

শুন খম্ব আমি বৃদ্ধ তুমি প্রাণ পুত্র।
তুমিগেলে না দেখাব মন্নেতে তাপিত॥
তুরদেশ লাগিমম ঈচ্ছা না পুরিবে।
পুত্র পালনের ফল লোকে দেখাইবে॥১৪॥

---

(১২) প্রাম্ম খম্মোরদা নৈচ্ছনা মিজল মুক্রিবা, হিংলিবা মথৈ গুরুজন লমন শিংগদবনি মোংমা নিনিদা শিবো লোইগ-দবা নত্তে। তাবদা মচে খম্বুনা নওনা খোকপা তোরো য়াখং পী। মচেমী য়াখং কংবদা খম্ব মোংমা সলাং নিংখৌ খোয়য়গা হঙ্গংলি পঙ্খো অপোকপা নচা লৌশিং তারে পাঙ্গল চাউয়ে॥

(১৩) কেগে মোইয়াং নৈবাক্তা যুমলেপ চারা তমজরুয়গে পলেম পঙ্খো শুক অনিমী খৌজান নত্তমদি অকবা ওইয়োই। খম্বমী বাহৈ তাবদা চৌংশাং লাকপা নিংখোনা মিত্তা পিরাং চেন্নপা মোকুনা খলি খম্বসিবু কয়াম কন্নবিগদগে যমায়বপা পাবা য়ারিপজ্ঞা য়েংলগে খন্দুনা হায়রকই।

(১৪) তাও খম্বা। ইপাদি অহল ওইবেদো নওনা চংখ্রবদি

উত্তর দিগেতে চল জলের কীনারে।
একশিলা ইহারহি আনহ তাহারে॥
শিলার উপরে বসি স্নানাদি করিবে।
পিতৃঋণ শুদ্ধি হবে আমি সুখ পাবে॥১৫॥

ঋষিবর নমস্কারি উঠিয়া চলিল।
তারপাছে পাঁচজন রাজা পাঠাইল॥
শিলাদেখি ভয়হয়া রঙ্গনাথ স্মরি।
তিনবার উঠিয়াছে স্কন্ধের উপরি॥১৬॥

---

নঙবু উবা ফংলরেই। অরাপ্পনিনা ইপনা উননীংবা কান্দা নশক উবা ফংলোই। ইপানা নঙবু য়োক্লকপগী মহৈ ইচাগী মপাল, লোইবী চীংশাং মীয়াম উহনগে॥

(১৫) অসুম চৎখো অরাং পাংনা ইপাগী ঈশিংখোং মপান্দা নুংপাক অমা লৈবনি অদু থর লৌরু অদুগা সুমাং অসিদ থম্মু। নুংপাক অদুগী মথক্তা ফম্লগা ইপানা নিতিগী ইরুজগে। অদুনা মরম ওইদুনা নঙবু য়োক্লকপগী লমন শিংবা ওইজরো॥

(১৬) মপাবুং সনায়াথং জাবদা থম্ম খোঙ, কোন্দুনা কপ্পা কপ্পা খুরমজম্লগা চৎখ্রে। মলাং নিংথৌনা অশোয়-অত্তাব শেমো হায়দুনা নিপা মঙা থাবকই। থম্মলাকপনা ঈশিংখোং য়োৌরদুনা নুংপাক অদু য়েংবদা অকিবা পোকই থাংজিং লাইবু খুরুমগা পাক পায়দুনা মুকই অহনবক হৌমদা লেংবান য়োৌরে॥

অনিয়া রাখিল শিলা পিতার প্রাঙ্গনে।
বিশ্রামিয়া রহিয়াছে অতি সুখ মনে॥
দেখি সনাং হাসিয়াছে পিতৃ বল পাই।
তোমারে পালিত বল এখনে দেখাই॥১৭॥

চল বাছা মহিরঙ্গে পিতার গৃহেতে।
এহিবলি শুভক্ষণ দেখিল হাতেতে॥
আজহৈতে পঞ্চমেতে হৈল শুভদিন।
সেইদিনে চলবাছা দুঃখ নহিমন॥১৮॥

শুন যুবা যুবী গণ নর্ত্তণ করিয়া।
গায়ণ কীর্ত্তন কর অতি সুখহিয়া॥
এইমতে পঞ্চদিন প্রভাত সময়ে।
লোকসব ভাত খায়া অসিয়া মিলয়ে॥১৯॥

---

(১৭) অহুদগী পুন্থুনা লাকপনা শুমাং য়োৌবদা লংথরবদি কায়গনি খম্নুনা তপ্না থম্লগা পোথাহনা হয়াও হয়াওনা কন্নি। উবদা সনাং নিংথৌনা মিত্তা পিগী ঈমা চেম্লগা হায়রকই, পাবি খম্বা। নপা ইতাও পূবেম্বগী পাঙ্গল য়োৌবে, ইপানা য়োকপগী মহৈ চায়ে। ইপা কোনবিগে লাউ হায়হনা কোন্দুনা কপমিন্নৈ॥

(১৮) অহুগা হায়রকই, চংলো খম্ব কেগে মোইরাং লৈবাক্তা নপাগী য়ুমজাওদা, নচেগী সেবা তৌহনা লৈক্লরো, ইপানা মূমিৎ অকবা য়েংগে হায়দুনা খুদক অহুমা য়েংবগা হায়রকই, ওসিদগী ৫ নি শুবা মুমিৎ অসিদা চংলো তাকলকই॥

(১৯) খম্বদা য়াথং পীব্রবা তুংদা মচা-মনাই, লৈশা-পাবং য়েংহনা হায়রকই— ওসিদগী মুমিৎ ৫ নি অসিদি শাবি-তাবি,

সলাং রাজা কহে শুন খম্ব বন্ধু ভাই।
গৃহের সম্বল এই তোমা স্থানে দেই॥
এইদেখ ত্রিংশ লোকের ভার বোঝা দিল।
শুন খম্ব মমবাক্য মন্ত্রসম থৈল॥২০॥

তোমার ভগিনী সেই পিতৃ মাতৃ সম।
যার বাক্য না ফেলাহ কথা যত কর্ম্ম॥
আর রজনাথ দেব সেবন করহ।
ইহাবিনা আর কথা না বলিব কাহ॥২১॥

---

লোয়ান-খুনলান চৎলগনু। লৈশা-পাখং তিম্মুনা জগোই শা. ঈশৈ-শক, চাকচা-হৈজানচুনা কুশৈ তোরো থৌদাগ্রে. অম্মুম্না লুমিৎ ৪ নি হরাওগ্রে। অহুদগী ৫ নি শুবদা মীয়াম চাব-থকপা লোইরমুনা অমুক পৈরবে।

(২০) সলাং নিংথৌনা কপ্পা কপ্পা হায়রকই, ইপানা লাইরবনিনা ননীং থুংনা পীবা শমগ্রে রাগ্নৌশনু, ইচাগী মুহান হৌদোকলুনবা মীপোং (৩০) কুন্তা থক লাংলবনি অসিনা হৌদোক্লো। ইশাগী ইবুঙো খম্ব ইপা মন্ত্র ভম্নীগে ভাও।

(২১) নমা শরুবী নচেম খম্বসে ইমাবক্তি হায়না সেবা ভো, মানা হায়রবা বা মন্ত্রগুম্না লৌ, হায়বা ইম্ম অতুপা নবুধো শাংজিং লাইবু অহিং-মুংথিন কাংদনা মতম পুম্নমক্তা খুরুমু। ইপানা তাকপা বা অসি কাউগনু॥

তারপরে দুইজন পিতৃপদে ধরি।
বিলাপ করয়ে দুহু নেত্রে বারি ঝরি॥
দুইবাহু ধরি উঠি সলাং রাজা কহে।
পুত্রের ঋন রহি সুদ্ধি তৃষা হবে॥২২॥

এহি বলি কুলে করি আশীর্ব্বাদ দিল।
তারপরে সলাং মাতা পাদেতে বন্দিল॥
পুত্র কুলেকরি কান্দে লিখিতে নারিবে।
পুত্রের বিচ্ছেদ দশা সকল জানিবে॥২৩॥

তারপরে যাত্রা কৈল ত্রিংশ লোক সঙ্গে।
দিবা অবসানে রাত্রে পাই মহি রঙ্গে॥
সব দ্রব্য ঘরে রাখি প্রভাত সময়ে।
বিদায় করিয়া ত্রিংশ নিজ গ্রাম পায়ে॥২৪॥

---

(২২) ইপানা তাকদবা রাদি অসিনা লোইরে। তাবদা খম্ব-থম্বু অনি মপাবুং সলাং নিংথৌগী খোঙ কোন্দুনা কপচৈ, মিত্তুগী পি কংথিদ্রে। সলাং নিংথৌনা মচা অনিবু কোনথংও লগা হায়রকই, খম্ব-থম্বু অনিমক। ইতাও পুরেম্বগী ইপানা লমন তোলবোই অত্তু নচিন-নৌপ্দা শিংলবনি॥

(২৩) অসি হায়রুমা মচা ২ বু কোনবীরগা আশীর্বাদ পী ইপাগী বড়দগী পুন্সি শুংশাংনা থাংজিংলাইগী সেবা কংজরো পীবি। অদুগী তুংদা মমা সলাং মাইবীদা চত্তুনা খোঙ কোন্দুনা কপই, মচা অনি কোন্দুনা মমানা কপ্পা, মমা-মচা কায়রবগী অরাবদি লেংজবা শম্মরোই, পুমমক্না অহুম থওবিগদবা ওই।

(২৪) পোৎ পুবা নিপা ৩০ গা, খম্ব থম্বু লাকপনা য়াচুখা

খম্ব থয়্‌ দুইজনে মহিরঙ্গে আসি।
পিতৃ গৃহে রহিলেন মনেতে সন্তুষি॥
বাল্যকালে অপ্সলীলা সমাপন হৈল।
অগাধ প্রসঙ্গ এই সংখেপে রচিল ॥২৫॥
মাইবম কুলেতে জন্ম চন্দ্রসেখরসিংহ।
পদবী থাংজিং মাইব হনবা নাম সেহ॥
সজ্জন কারনে লিখি এই গ্রন্থ সার।
কবিতায় শক্তি সেই নাহিক আমার ॥২৬॥

---

সন্ধ্যা ময়থরকপদা মোইরাংদা থুংলে। থাংজিং লাইনা শান্নবা লীলাশিনা মোইরাং মুপা-মুপী কনায় তাদে-খঙদে। মুপা ৩০ অসি অহিং অদুমা লৈরগা অয়ুক অঙনবদা চৎখিদুনা মখুন য়োক্নহনা পাউদমখি॥

(২৫) খম্ব থয়্‌ অনি অসি মোইরাংদা হল্লক্কুনা মপা পুরেম্বগী ময়ুমদা থাংজিং লাইনা থম্বিরে। মতাং অসিদা খম্ব থয়্‌ অনিগী অশাবা মুংঙাইবা রাজী থরদং ইজবা লোইজরে। মপাল নাইদবা য়ারীলি ডম্বজবা থরদং ইজবনি।

(২৬) মাইবম শাগৈদা পোকপা মিংনা চন্দ্রসেখর কৌবা উপাধি থাংজিং লাইগী মাইবা হনবা পণ্ডিৎ অসিগী মপান্দগী লাইরিক অসি লেংখৈ। তোয়নবা ঐদি কবি অমগী শক্তি লৈজবা নত্তে। পাংদবা তোয়নবা ঐহাক্নি।

সিক্ষা দীক্ষা গুরু কৃপা লিখিছে পুরানে।
সিক্ষা গুরু পণ মুক্তি করিয়ে গণনে ॥
তোঙ্গাও সিংহ পিতানাম ম্নুমিংলৈ মাতার।
একই স্বরূপ তিন সিক্ষা গুরু মোর ॥২৭॥

প্রথমে পাওইসিং দ্বিতীয়ে চাওবা।
তৃতীয়েতে বাপু সিংহ তিন ঈষ্ট দেবা ॥
তিননাম এক বপু কিছু নহে ভিন্ন।
মুক্তি অতি সুপামর অতিবায় দীন ॥২৮॥

---

(২৭) লাইরিক অসি সিক্ষা দীক্ষা গুরুগী কৃপাদগী লেংজবনি। ঐবু লাইরিক তম্বীরকপা গুরু দেববু শিংথাজল্লি। অহানবদা ইমা ইপাবু খুরুমজৈ। ঐবু পোকপা ইপানা তোঙ্গাওসিং কৌই, অাতিমা লাইশ্রমনি। ইমানা ম্নুমিংলৈমা কৌই ॥ অদুগা ঐবু লাইরিক তম্বীরকপা গুরু কয়াদগী অহুমদং শিংথাজরি, অদুগা গুরু থৈবিকসে ঐগীদি মশক্তি অমত্তনি নিংজৈ ॥

(২৮) অহানবা ওঝানা পেচিময়ুম পাওইসিং, অনিশুবা ওঝানা লাইশ্রম চাওবা সিংহ, অহুমশুবা ওঝানা হৈথাম বাপু সিংহ ॥

রজনাথে কৃপাদিয়া যাকুপ লিখেছি।
প্রভু পাদে কতবার প্রনাম করেছি॥
অপরাধ না লইবে বৈষ্ণব সুজন।
দীনহীন মঙ্গি সিংহ রাচিয়ে পুরাণ॥২৯॥

ইতি সপ্তম সীমা"

গ্রন্থ সমাপন"

---

শ্রীমূর্তি মশক্তি অঙমান, ঐগীদি ইষ্ট দেবতাদি অমগুনি। মশক অমত্তা ওইরবা শ্রীগুরুদেববু খুরমজরি। ঐদি য়াম্না তোল্লগ পাংদ্রবা কবি অমগী শক্তি ঙমজদবনি॥

(২৯) মোইরাং থাংজিং কোইরেন লাই, লোক্তাক মিৎয়েং তম, থাংজিং চীংবু নমঙানবা, চিংঙু, ইবুঙো মাগী থৌজান্দগী লৈংজবনি। ইবুঙোমাগী খূয়া খাদা হুম্না খুরমজরি। খাইদগী হেন্না তোনগ্রবা ননাইনি, অপরাধ পুয়মক ঙাকপীয়ু। তোল্লবা তারবা মঙ্গি সিংহনা পুরাণ অসি লৈংজৈ॥

মতাং অসিদা তরেৎশুবা অধ্যায় লোইজরে॥

